শ্রীবীরেনগী অতৈ লাইরিকশিং

লৈচিল্পলক্কী থাজ ( ৱারীমচা ১৯৬৭ )

তোল্লবা শাত্নগী ৱাখল ( শৈরেং ১৯৭০ )

১৯৭৩ ইংগী আগষ্ট থাগী অহানবা চয়োলদা
অহানবা খুৎনমদা ইহান হান্না রাজ ষ্টোর,
পাউনা বাজার, ইম্ফালনা ফোঙবা।

লীলা ওইনা শান্নবগীদমক অযা চে শ্রীশ্যাম শর্ম্মা
নত্রগা শ্রীলোকেন্দ্র সিংহ নত্রগা শ্রীবীরেন্দ্রগী লৌগদবনি



শর্ম্মা ইউনিয়ন প্রেস, পাউনা বাজার, ইম্ফালদা নম্লগা মণিপুরদা
পুথোকপা।

ময়াম্না থুন্ ওনশিনবিরবা
মশক মমিং লৈতবা
মীচঙ লৈজদবা
হে মীচম।
হে মীওইবা।
নখোয়গীদমক। নখোয়গীদমক। নখোয়গীদমক।

## যাওবিবশিং

# মতমগী পুন্সিগী ওল্লকইবা অর্থ

(সিমান্ত পত্রিকা তা, ৮।৩।৭০ ইংদা "খোঙচৎ"
মরমদা ইখিবা)

ঈশ্বর শিগ্রবা মীওইবগী পুন্সিদা শৈহৌবিবসি মীদা ঙায়হৌরে অহাঙবা জগৎতা চঙজকম শৈতনা মতোমতা। বাখল অসিনা ওল্লকইবা যন্ত্রগী সভ্যতাবু মশক তাক্লি লেখক পণ্ডিত অমসুং দর্শনিক কযানা মানা মানা উবিবা মূর্ত্তিশিংদা। অসিগুম্বা একজিসটেনসিয়েলিজম হায়বা মূদ অসিবু পুথোক্কুনা হৌখিবা ফেব্রুবারি তাং ২৮ দা এরিয়ান থিয়েটরনা পুং অমা খোয়মুক্কী শিপাদা কয়েক্কুব মবিখক্কুনা শান্নখি— শ্রীবীরেনগী "খোঙচৎ" হায়বা ড্রামাদা। খঙবোই খঙদবোই তৌবা ভাবোকনা তুমিন তুমিন লৈনদুনা বাখল খন্নখি। ঐহাক শ্রীবীরেনগী শেমদোকত্রিবা ভোলুম কযারক হন্না পারব মহাকা হায়বিবসি চপচাবা কবিনো হায়বা খঙনবা। চপচানা খঙলে হায়বা ঙমদে অদুবু মানা হায়নীংলিবা অসিমদি ফিল তৌরে। লিলাগী ডাইরেক্তর শ্রীশ্যাম শর্ম্মনা পিবিবা অর্থদি সিম্বোলিকনি। মশাগী মমিৎপু মীগীরা হায়না চিনরবা অহানবা নিপা (লোকেন্দ্র) হায়বসিগী মচেৎ মচেৎ তাবা মশকপু অমোৎপা নিপা (শ্যাম শর্ম্মা) অশাউবা নিপা (কামিনি) অমসুং নুপী (কমলা) অহুমগী নীংবা কায়ববা পুন্সিগী অর্থ মাঙখ্রবা অমসুং কম্যুনিকেশন ঙমদ্রবা মশক্তা উৎলি। মতম অমতদা, মফম অমতদা মনী তম্বী সমাজনা লমহেনবী হায়বী নুপী অসিগা নিপাগা অর্থ খঙনবা ঙমদনা শাবা ব্রাবীদু অনীশুবা শিনমক্তা পুনশিনবা চুমলকই। চবিত্র মরিমক অসিগী মচিন্দা তোইনা মন্ত্র শোলহল্লি— টি, এস, এলিযটতগী, আইওনেস্কো,বেকেট্টতগী। অহানবা নিপা অসিনা মচেৎ মচেৎ কায়ববা মিশেন্দা মশক যেজৈ। উবকই অতোপ্পা মশক অমা, লাউরকই—"ঐহাক ঐ নত্রে, ঐ মীতোপনি।" এরিযান থিযেটরনা পুথোকলিবা অর্থনা লম্মাংনরবা মীওইবনা চৎনরমবা ভেলু পুন্নমক কায়খ্রবদা মতোমতা তাহৌবা ফিভম অদুনি। লিলাগী প্লোট য়াওত্রে চরিত্রগী বিকাশ লৈত্রে, শুকুংদা লৈবম্বা মূর্ত্তি কয়া [illegible] মশক [illegible]।

লেখকনা শেমদোক্কবা ভোলুমদা চরিত্রশিং অসিগা অহানবা নিপাগা তোপ্পা তোপ্পা ৱারী শাই মরক মরক্তা য়াম্না চম্বা (ইনো-সেন্স) ওইবা মশক লৌই, সিম্বোলিক ওইনা চৎতে। অদুবু চপচানা বিয়েলিষ্ট ওইরে হায়বদি ঙমদে মরমদি অযুক মুমিদাগী ওইরিবা মণিপুরী সমাজ, নীংবা কায়রবা পুন্সি খববু শ্রীবীরেননা মাগী একজিসটেনসিয়েলিজমগী অনোক উপ্পুনা যে বদৌনা তৌই। হায়দাকপা ঙমলিবা অমস্তু ঙমদবা পুম্নমক শ্রীবীরেন ঙাক্তনি, চরিত্রশিংগী তোপ তোপ্পা মথৱায়গী দাবি উদে। অসিনা লিলা অসি লেখক মশামকনা মশামকপু শক খঙজনবা থিবা লম্বী অমগী খোঙথাংনি হায়নীংঙি। অসিগুম্বা তপথদ্রবা খোঙচৎপু ভাবোক্তা থিয়েটরগী ফোর্মদা উহনবনি, তৌবমকস্থ লেখকনা উৎলিবসি ভিজন অমনি হায়জৈ। মসি তর্কনা শাগৎপা বাখলগী মূর্ত্তি নত্তে,—ফিলিং অমনি, মুদ অমনি। মি শেন মযাম ওনশিন্নদুনা তাকপা শক্তমদা রিয়েলিটিনা ফেণ্টাসি ওনথোক-খিবগী এবসর্ড থিয়েটরগী ওইবকপা মশক অমনি।

শেমদোক্কবা ভোলুমদা পুং ২ ৩০ শান্নদুনা পিরক্কদবা এক্সপরিয়েন্স অদু পুং ১৩০ গী মমুদা পিরকপসিদা ডাইরেক্টর শ্যাম শর্ম্মনা লেখকপু হেনা নীংথিনা তাকপ্রা তাক্তবা হায়বদি ঙমদ্রে। অদুবু তরু তরুবা অর্থ অমদি সিম্বোলিক ওইবা ছাচাদা পুথোক্কুনা তাক্লে। এনটি হিরো ওইবা লিলাদা হিরো শারিবা (অহানবা নিপা) শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহনা ফনা ফজনা একটি তৌদুনা লিলাগী মুদ অমা শেমগৎপদা য়াম্নমক তেংবাংঙি। ফোদোকপা ঙম্নদবা হায়বা সিমবোলগী ভূমিকাদা কমলানা সেকস্তুয়েল সিম্বোল হাপ্পুনা ভাবোক্কী পার্সোনেলিটিগী মপু ওইবা শরুক অমা ফনা ফজনা আপিল তৌই। শ্রীশ্যাম শর্ম্মা অমস্তু অশাউবা নিপা শারিবা শ্রীকামিনি অনীমক্কী কাউঙমদবা মিকুপ হাপই। লিলা অসিনা মণিপুরী থিয়েটরগী ইতিহাসতা লমাই অমা হাংদোক্লে হায়না লৌবা য়ারে।

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# মণিপুরদা এবসর্ড থিয়েটরগী চাংয়েং অমা

( সিমান্ত পত্রিকা তাং ৫ । ৬ । ৭১ ইংদা "হল্লকপ" গী মরমদা ইখিবা )

ওল্লকইবা মেছিনগী সভ্যতা অসিদা আশা লৈত্রে, অর্থ য়াওদ্রে— করিমতা লৈত্রে। লৈরিবদি জগৎনা কাওথোকপিরবা কনানসু খঙবিদ্রবা ঐ ইতোমতা। অদুবু ঐ হায়রিবসিবু কনানো ? রাহং অসি যুগকী রাহ নি। থিয়েটরগী জগৎতা আইওনেস্কো বেকেট্টনচিংবা কযানা ওন্থোক্লা যৌশিন্না হ ডুনা উবিবা জগৎ অসিগী মকোক মমৈ ওনথোকপা শক্তম অমা পীরি। হন্দক মরক এরিয়ান থিয়েটরনা পুথোরক্লিবা শ্রীবীরেনগী মিনিট ৪৫ মুক্কী অঙ্ক অমগী লিলা ( কম্পিটিশন্দসু লিপা অমা ওইনা ফার্ষ্ট প্রাইজ ফংগ্রবা ) "হল্লকপা" হায়বসিনা রাহ, অসি অমুকসু হংলি। নিপা অমনা ময়ূমদা হল্লিনলকপদা মশক খর্ডজদে লৈরমলিবা নুপীসু মশক খঙজদ্রে। অনীমক মশানা মশাবু কনানো থিজরি। অবোইবদা হান্না শেৎলম্বা খোঙগ্রাউ কোটনা খ চাউ চাউথোক্লুনা লৈরম্বদা নিপাডুনা শোঞ্জখি ( বেকেট্টকী লোন্দাদা ) "লোইরে পুমনোই লোইরে।" লিলা অসিদা আইওনেস্কো অমসুং থোইদোকসু বেকেট্টকী লিলাশিং মমি তাই। অদুবু লেখক্কী বাহংগী মওংদি তোঙাল্লি। থিয়েটব ওফ সেন্সুয়েসন হাযবা মতমবু থুগাযবা লিলাসু নত্তে, থোদোক্কী খোঙচৎ লৈরি। অদুবু থোইদোক্লা মরৈ তৌদবা পেযেটিক ভিজন অমা পিনবা লাকনৈ। মতাং মতাংদা ইংরাজি বাহৈ য়াম্বা থেৎচিনবনা মণিপুরী লোলবু লাযনা শিজিন্নরে হায়বদি যাদ্রি। করিগুম্বা অমা হায়গে হোৎনরকপদা ফোঙদোকপা ঙমদ্রিবা, লোনগা ফোঙদোকনীংবগী রাখলগা কল্পনাগা নমনবগী লোইদ্রবা মশক অমা থেংনৈ। অসিগুম্বা মূত্তি অসি শ্রীবীরেনগী অহানবা লিলা "খোঙচৎ"না পীবা হৌদ্রে।

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# অনৌবা মিৎয়েংগী অচুম্বা

থ্বাই পুন্নমক্লা যানরবা ৱাফমনি—কলানা নুতি নুংতিগী থেংনরিবা অয়ুক মুমিদাংগী পুন্সিসিদগী খবা হেনবা অমা শাগৎলি, অদুনা মসিদি অমুক নৌনা হৌদোৱ্রীংঙাই নত্তে। অদুগা ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি, ঐখোযনা লৈরিবা সমাজ অসিগসু য়াম্না নক্লবা মরী লৈনৈ, থাদোক্লবা যাদে হায়বসিমসু মযাম্না যানরবনি। হায়নৈ—মাগী লিলা-সিমদি, মাগী শৈরেং সিমদি, মাগী উপন্যাসসিমদি ঐখোযগী পুন্সি, ঐখোযগী সমাজগী মশক অদু পুথোক্লুনা উৎলি, মাগীসিমদি ঐখোযনা হিংলিবা পুন্সি অসি নত্তে, ঐখোযগী সমাজগী মশক উৎতে অসিনচিংবা। পেরাডোক্স অসি কবিনো? সমাজগী মশকপুসু উৎপা, সমাজ-দুমক্কী বিপ্রদম্নসু নত্তবা, হিংলিবা পুন্সিগী মশকপুসু যেকপা, হিংলিবা পুন্সিদুমক্কী ফোটো কোপীমকপুসু নত্তবা অনৌবা অমা শাগৎপা—পুমতোপ তোপ্লসু নত্তবা, পুমনৌ পুমনৌবসু নত্তবা, ঐখোযনা হিংলিবা পুন্সি, ঐখোযনা লৈবিবা সমাজগা মরী স্থলৈ লৈনদবসু নত্তবা—অনৌবা অমা। মসিদনি কলাগী ফজবা কলাগী শোকপা পায়বা য়াদবা নৌগ্রবা মশক। হংনী লকই-শাগৎলিবদু করম্বা অনৌবা মশকনো? অনৌবা মশক হায়রবদি নুতি নুংতিগী থেংনবিবা খরা অসিদগী অহেনবা করম্বা অনৌবানো? কলানা পুন্সিগী, সমাজগী মপান্দদা যেংদুনা লৈবা পামদে, পুন্সিগী মনুংগী মনুংদা সমাজগী মনুংগী মনুংদা চঙশিন্দুনা করিগুম্বা খরা থিবগী লোইবা নাইদ্রবা খম্বা নাইদ্রবা শাংলবা খোঙচৎ অমদা চৎলি। মতমগী অনৌবা অর্থনা খোঙচৎ অসিদা অনৌবা মশক পীবি। ঐখোযনা মসিমদি মযেকশেংনা খঙডি—কলানা ঐখোযনা হিংলিবা পুন্সি, ঐখোযনা লৈরিবা সমাজগী মনুংগী মনুংদা লৈবা অচুম্বা খরা, ফজবা খরা, অফবা খবা চুপথোক চিংথোরক্লুনা অনৌবা মশক অমা শাগৎলি।

ওল্লকলিবা মতমদা মচু হোৎলিবা পুন্সিগী মশক মতুং ইন্না পুন্সিগী মনুংগী মনুংদা লৈবা শক্তমস্থ অনৌবা মচু শংলকপা থেংনৈ, অনৌবা অর্থ পুথোরকই। পুন্সিগী মনুংগী মনুংদা, সমাজগী মনুংগী মনুংদা চঙশিন্দুনা থিবগী খোঙচৎতা থেন থেংনরকপা উরক উবকপা মতমগী অনৌবা অর্থগী মচু লাক্লবা শক্তম মূর্ত্তি অঙনি কলানা শাগৎলিবা অনৌবা মূর্ত্তি।

কবিতানা ব্রা অমা হায়দে, পাউ অমা তমদে, মরৈ অমা তৌদে, সু নগী মূর্ত্তি অমা শাগৎপতনি, সুংনগী ফিভম অমা শেমগৎপতনি। লৌলাস্থ অসি মঙায়—লীলানা ব্রা অমা হায়দে, পাউ অমা তমদে, মরৈ অমা তৌদে, অচুম অরান নৈনদুনা থিদে, মুংগী ফিভম শাগৎতুনা মূর্ত্তি অমা শাগৎপতনি। অযুক মুমিদাংগী পুন্সিগী মনুংগী মনুংদা চঙশিনবদা থেনবকপা ঐখোযগী সমাজগী, ঐখোযগী পুন্সিগী মুংগী ফিভম অদু লীলাদা কবিতাদা শাগৎতুনা মূর্ত্তি ওইনা পুথোকপা তাই। মুংতি মু তিগী অযুক মুমিদাংদা হোটেলদা, সিনেমা হোল মমাঙ অমসুং মনুংদা, লাঙলবা মীনা কৃক কৃক ইন্নবা কৈথেল, স্কুল কলেজ, লমজাও সোবোক, লৈবক খুল্লক, যুমদা, লৈকাইদা থেংনবিবা, তারিবা, উরিবা, শাউবিব, ব্রারিবা, মুংঙাইরিবা, নোকলিবা, খৎনরিবা, চান্নরিবা, শাজৎ, মী অমগা মী অমগা লৈনবিবা মরী—পূন্নমক অসিগী মকুমদা, মনুংগী মনুংদা মপান্দা উবিবা শক্তমসিগা খেন্নবা ফিভম অমনা শাগৎপা মূর্ত্তি অমা হেক্তা ঐনা উবকই। মসি ঐনা পাউ ওইনা তাদে অচুম অবান নৈনবা ওইনা থেংনদে—মূর্ত্তি ওইনা ফিভম ওইনা উবকই। তৌবদি ঐনা উরিবা ফিভম ১দি মূর্ত্তি অসি ঐখোযগী সমাজ ১দি পূন্সিগা হাকথেনকুবদগী উরকপা ঐখোয়গী সমাজগী ১দি পুন্সিগী অশেংবা মূর্ত্তিনি। মতামতা যুম্ফম যাওদনা ফন হেক্তা চো থোরকপা হৌবকফম লৈতবা ১দি নত্তে। ঐবু চাউননবা যোক্লকপদা থেংনরকপা পুন্সিগী মওং, ঐনা ঙসি ফাওবা হিংলকপা অসিদা পৃথিগী হোৎলকলিবা অর্থনা পীবা জ্ঞান, পাকুবা লাইবিক, তমলকপা ইহৈ ময়ামসিগী মচু লাক্লবা মতুংদা ইশাগী ইশাবু

হাৎতোক্কুনা "ডিপার্সোনেলাইজ" তৌবগা য়াথল অমস্নং মুংদা ফাওবা মুংফাও অনী তিন্নহল্লুনা পুন্সিগী মরাক ময়ুং অদু কারন ফাহুনা অনৌবা মুর্ত্তি অসি শাগৎপা তাই। চেকচিনগদবদি পুন্সিগী ১দি সমাজগী মুর্ত্তিবু ইশাগী মচু শংথ্রিবদু মতমগী হোংলকলিবা অর্থদা অপাকপা মিৎয়েংগী ফিজুম থাদুনা শেংনা চুমথোক্লগা অদুবা চুম-থোক্লবা ঈশিং ওইনা পুথোকপা তাই। ইশাগী ইশাবু হাত্তোকপা হায়বসি অয়াইবা অমা নত্তে, অদুবু তৌদবা যাদবাঅমদি ওই। মসিনা মী থ্বাইগী ওইবা, পুন্নমক্কী ওইবা শকক পুরকই। ঐঙোন্দদি কবিতাগী থেংনরিবা পুন্সিগা, লীলাগী থেংনরিবা পুন্সিগা অমতনি, খেন্নদে। ঐনা কবিতা ইরমদাইদা উবকপা সমাজগী মশক, পুন্সিগী মশক, মীগী মশক অদুগা লীলা ইরমদাইদা উরকপা অদুগা চপমান্নে। অদুনা ঐঙোন্দদি কবিতাগা লীলাগা চপমান্নে—মেদিয়মদদা খেন্নবনি।

পুন্সিগী মনুংগী মনুংদা লৈবা অচুম্বা, ফজবা, অফবা অদুগা অদুক্কী মতিক নকশিন্নবা ঙম্বা কলা অদু অদুক্কী মতিক মপু ফারবা কলানি হায়না ঐনা থাজৈ। মপানগী পুন্সিসিদগী ফাওজিনখিদুনা পুন্সিগী মনুংগী মনুংদা অদুক্কী মতিক লুশিন্না চঙশিনগ্রবদি মপানগী পুন্সিগী মশক অসি অস্নম অস্নম যাওরক্লোই, মমি শামিদমক লৈহৌ-গনি, হেন্না লুবা, পুন্সিগা হেন্না নক্নবা কলা হাযবদু ওইরকই। অদুনা ঐনা থাজবদি মপানগী পুন্সিগী শকক অদুক্কী মতিক যাওরিবদু চুমথোকপা অদুক্কী মতিক শেংদ্রিবনি, মপানগী শকক অদুক্কী মতিক লৌথোকগ্রগা চুমথোকপা অদুক্কী মতিক শেংঙে। ঐনা হাযরিবসি ইরাই লাইনা পুন্সিদগী লাপ্না চৎথোকখিবগী রা নত্তে, ফিলিং অমস্নং কল্পনাগী ফিজুম থাদুনা হন্না হন্না চুমথোক্কুনা মুংগী পুন্সিগা হেন্না হেন্না নকশিন্নদুনা অমতা ওইশিন্নবা হোৎনবনি। তিন্নবগী থৌরমনি। ঐনা পামবদি মুংগী ফিভম্বু, মুদপু ইকোক কোক্না হাকথেংননা পুথোক্কুনা মাঙদা পুথোকপনি।

ময়ায় ওইবা থাক্কী মীওই খরতনা ঐখোয়গী সমাজগী মশক মমিং লৌরি, লৈঙাক চুপলি পায়রি। কলাগী মাইকৈদস্থ মসি মঙায়। ঐখোয়গী কলাগী মরমদা খরা ইরিবা, খরা ঙাঙলিবা মীওইশিং অসি ময়ায় ওইবা থাক্কী ১দি ইস্তাব্লিশমেণ্টতা যাওবা (তশেংনা য়াওদ্রবস্থ যাওনী দুনা লিৎশন্নবা ইকাইবা খঙদনা কৌহৌ চোংলিবা কাংবু) মীওই ঙাক্তুনি। হায়রিবা কলাগী মীওইশিং অসি থাদা লুপা ৪০০ দগী ৮০০ ফাওবগী মনুংদা থা খুদিংগী তলব ফংদুনা চাবা কোম্নদা চরা হেনবগী অরাবা খঙদে, শেংনবা ফি লৈতবগী চৈনা ফংদে, মখোয়গী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ মরোল মরোল লৈ, খোঙগ্রাউ অমতা উপ্পগী থুন মপাদা পাশিনলক্তুনা শেগাইগদবনা সাইকন্দগী কুমথবদা শেগাইববা "ঐবু মীমাঙদা চোপ্লগদ্রা" হায়না থুন্দা মাদুনা য়েংবগী অতোনবগী পুরিং নুংশিবা মখোয়গী থম্মোয়দা ফাওদে, ইংথমথাগী অকুম্বা ফুরিৎ খোঙগ্রাউ মরোন মরোন লৈবনা ইংথমথাগী অইংবা মখোয খঙদে, অহোবা য়ুমদা নোং য়ুদুনা অহিং তুম্ফম খঙদবগী অবাবা মখোয খঙদে। মপাননী ওইবা সমাজগী ওইবা থৌদোক লুহোংবা, শোরাৎনচি বা থোরকপা পোকপা শিবা লাকপদা লৈকাইগী, শিংলুপকী মীয়াম্না, লৈকাইগী মেশিংনা পুন্না হৌনদুনা য়ুবী পুদুনা, লফোই পুদুনা কিহোম পুদুনা অশিবা হংবা, লৈকাই পোৎয়েংবা, মাঙুব খনবা যাওরবা, উসব চাবা য়াওরবা পোলোইবা যাওরব। অসিনা লনাই মীওই অমগী অরাবা শরুক যাবা নত্তে হায়বসি মখোয়না খঙদে। লনাই মীওই অমগা অমগগী অপুনবা মরী লৈ হায়না শৌই মখোয়না। মরমদি হাযরিবা মীওইশিং অসিগী করিস্থ রাৎতে, কবিস্থ কাইদে অদুনা থোইনা লুথনা খস্থকবগী মখোয়গী দরকার ওইদে। ভসিগুম্বা মযায ওইবা থাক্কী মীওইশিং অসিনা মপানতগী পুন্সিবু, মপান্তগী ফিভমতবু শিংথানৈ, লনাই থরাইগী নাইতোম তারকপা মতমদা ওইবিবা ফিভমবু মখোয়না খঙদে, মরমদি মখোয়না মপানগী, মযাম পুল্লিঙৈদবু হেন্না পামজবনা! মখোয়না খল্লি—সমাজ মখোয়গীনি, লীলা মখোয়গীনি, মখোয় লোইনা

উই, মখোয় লোইনা তাই, মখোয়না উরিবদুনা লৈরবনি, মখোয়না উদ্রবদি লৈত্রবনি, মখোযনা তারিবদু হাযরবনি, তাদ্রবদু হাযদ্রবনি। মখোযগী ইন্দ্রিদা ফাওদ্রবা ফিলিং অদু ফিলিং নত্তে, মখোযগী পুন্সিনা পুন্সিনি, অতোপ্পগী পুন্সি পুন্সি নত্তে। মখোযগী ইন্দ্রিদা পান্দবা সাহিত্য লীলা অদু সাহিত্য নত্তে, কলা নত্তে, অতোপ্পগী ইন্দ্রিগী শক্তিবু মখোযনা মশক খঙদে, খঙস্ত্র খঙনীংদে। ঐখোযগী পুন্সি ঐখোযগী পুক্নীং ফিরেপ রাখনগী মবাক মযুং অসি হো লে হাযবসি মখোয উবা ঙমদে মরমদি মখোযদি সমাজদা চপচানা পেনবা ঙমলি। অদুবু সমাজ অসিদা, পুন্সিসিদা চাবা ফদবা, নুমিৎ কযা চাবা ফংলক্তবনা চাকতবু উরবা লাইনীং ওইবা চাবা নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অচুম অবান উদ্রবা, খোঙগ্রাউ অমতা শেৎপা, শেৎপা ফদবা, নোংযুবা যুমদা লৈবা, ঐহাক নাবে খঙনা খঙনা পৈশা পুথোক্তুনা লাযেংবা ঙমদ্রবা, অচুম্বা চৎচকুবগী মহয় ফংদ্রবা মীচঙ লৈজদ্রবা সমাজদা মশক মমিং লৈজদ্রবা মীচম কয়া কযা তিংবগী খাববা দণ্ডি অসি খাঙলি। হিংবগী দণ্ডি ফংলবা মীওইশি অসিনা উরকই পুন্সি অসি মকোক এমৈ ওন্নববা ওইনা, খোঙনা চৎপগী মহুৎতা চিন্না চৎপা, মমাইনা তক্তুনা চৎপা, মখোযদা শান্তি লৈতে, লাকচখিবগী লম্মন খুমনী ঙি, খৎননী ঙি, চৈনীংঙি। থুগাইনী ঙি, মানা তৌজকুবা অচুম্ববু খঙবিদদুনা অরানবদা ওইজবা থিবগী মীচঙ চঙখিবগী মী হাৎনীংলকই। মিৎতা উরকই ঈ অঙাঙবা মচু। নুংশিবগী অর্থ নৌনা হন্নবকই পুকথনহনবা ঙম্বদু নুংশিবনি, চাক চরা অমগীদমক মশাবু অতিং অমদা হন্না হন্না যোম্থোকপা ঙম্বদু অশেবা মথৌ তৌবনি, মসিনি অনৌবা সভ্যতাগী মশক। মীনম্বস্ত অচুম্বনি হিংনবগীদমক, মীহাৎপনা লানবিবনি হিংননবগীদমক, হিংবা হাযবসি অনৌবা ধর্ম্মনি। হিংনবগীদমক তৌবা ঙমদবা, তৌহৈদবা লৈতে। মতাং অসিদা নীংশিংবা যাই—এ, তোমচৌগী করেক্তর অমনা হায— "হিংননবগীদমক্তা হুবাল্লু, মীগী শেল হাৎলু, নঙনা ঙম্বা জাৎতুদনা

নমিৎ ননা লাওথোক্তুনা ধমকা তৌ, নথক খোংবদা তুকথরদুনা মখোঙ পায়যু—অসিনি হিংবগী লাইরা।" মসিনি অনৌবা ধর্ম্মগী হরিনাম। অনৌবা মিৎয়েংনি।

চানীঙাই লৈত্রবা, লাইযেংবা ঙমদ্রবা লাইরবা অনাবগী মনাক্তা ইনাক খুনবা থাউ থোকপা মরী মতা হন্না যেংনদে, শেম্প পীযু, শেল পুগে কাযরক্কনি থৈ থৈদুনা চৎনৈ, কৌজকবদা খুম্মমদনা চৎনখি, অদুবু কৌরকপদা খুম্মুবা কিববা অনাবদু শিরগদি হিংঙিহৈদা মনাক্তা চঙবা কিরম্বদু কিখিদ্রে, শোরাৎতা ঐনা চাবা ঙমগনি, ঐনা ফি ঙমগনি, দক্ষিনা ঙমগনি, ঐনা শয্যা ঙমগনি লোইনা হুপচিনলকই মরমদি শাগৈ মবীমতা সমাজ মমাঙদা চোপ্পা যাদে ঐখোয় চোপ্পা যাদে ঐখোয চোপ্পা যাদে। চবা হেন্দুনা শিখিবা মীদুগী শোরাৎ যাম্না চাউনা লুপা লিশি চঙনা শোল্লি, শোন্নৈ লৈবাক্তা মাগী শোরাৎ ফজৈ ফজৈ। কনাস্ত নী শিংনদে থবাম অমনা চাবা ফ দবদুনা, নীংবা থুংদনা ঙৌনা ঙৌনা শিগ্রে হায়বা। শোবাৎ লোইরগা অমুক লুত্রাবী মমা মচা মখোয় মঙাতা, কনাস্ত হন্না যেংবিবদে, তুমিৎ অমা ফাওবা পাইরদে, চরা হেনবনা পুক পাযদুনা থবো থরো ওল্লি, মতমসিদা মরিমতা লৈকাই অমতা লৈতে মবমদি সমাজনা শক থঙবিদে, কনানস্তু তাবিরোই, তাস্তু তানী দে মখোযগী তেংথা। মসিবু ঐখোয়গী সমাজগী ওর্ডব নাইবা ফজত্রবা করম্বা মও নো? বৈষ্ণব সমাজগী কবম্বা মীমুংশিনো? একজিবশন্নিজমনা হেনমল্লবা ঐখোযগী সমাজদা চৎনবীগী, মীমাঙদা ফজদে খনবগী, ধর্ম্মগী কল্লবা ডেমাগু অসি খাঙবা ঙমদদুনা লনাই থরায় কযা কযানা থবো থবো ওন্দুনা খাংলি। মতম কুইনা লাইয়ে লুবগী পৈশা মরি তাদ্রবা ইমু দা ধম্মনা ডেমাগু তৌরি, চৎনবীনা, ইজ্জৎনা ডেমাগু তৌবি—শেল চঙলবা শোরাৎ। হিংগোল বক্ষান থম্মু মীঙোন্দগী পৈশা পুক, মদু সমাজনা উফম থোক্তে নঙনা য়াবা, নঙনা চরা হেনবা, নঙনা লৈনীংঙাই হিংগোল লৈতবা সমাজনা উফম থোক্তে। লৈকাইনা, শিংলুপনা, লৈকাইগী মক্মপনা

লনাই থরায় অমগী অরাবা কয়া য়াম্না শকক য়ারিবগে ? ফি নান্না শেৎলগা লুহোংবা, শোরাৎ লাকপা অসিরা ফজরবা ওর্ডব। মসিত্তনা ঐখোয়গী সমাজ অকাযবা লৈতে হায়রসিবা ? ঐখোযগী সমাজদি ধম্মগী চৎনবীগী হিপোক্রেসিনা পীকথল্লে। লাল মনু দা হোঙনা ফংবা পৈশানা তন্বীরম্বা লাযনা মুঙাইনবগী ইশাগী ওইজবা থিবগী, ইনাক খুন্নীবগী, চাউনীবগী, ইস্টাব্লিশমেণ্টত য়াওনীবগী, কারবারগী, শেন্দো তানবগী, ব্যুরোক্রেসিগী শেলজা থুমজাগা, ঐ ঐগী রাখলগী মহিক্না লাল মতুংগী ঐখোযগী পুন্সি, ঐখোযগী ইন্দ্রি, ঐখোযগী সমাজ অসি চাশিনলকপনা ঙসিদি কা থু চঙদ্রবা ইবা য়াদ্রবা নান-জংনরবা স্লেট ওইরে। ঐখোযগী পুন্সিদা অস্থম অস্থম চঙশিন লকলিবদি ধর্ম্ম নত্তে, রাজনীতিনি। অদুনা ঙসিগী ঐখোয়গী দরকারদি ধর্ম্ম নত্তে, রাজনীতিনি। অদুনা ধর্ম্মগী অর্থ মাঙখ্রে। রাজনীতিনা ঐখোযগী মুংগী পুন্সি ফিভম হো হনখ্রে।

অসিগুম্লবা লাল মতুংগী পুন্সিবু উদুনা পুথোকনিব কা বুবু মযায় ওইবা থাক্তা যাওবা কাবুনা চৈবি ইপা ইপুগী নাং মীঙোন্দগী পুকবনি, রাযকবা ইন্দ্রিনি—Borrowd Sensibility. তৌবদি উবা ঙমদ্রবদি লৈতবগুম খল্লি, তাবা ঙমদ্রবদি হাযদবগা চপ মানৈ। প থববা হকচাংদা খুজিন্না শিক্লুবা কৈদৌকনি। অশিবা মীনা মৈগী অশাবা ফাওদে অদুনা অশিবা মীদদি মৈ অসি শাদে, শাদ্রবদি মৈ নত্তে।

রাহং থোরকই—ইপা ইপুনা ঐখোযদা করি পাবম্বগে ? ঐখোযগী ইপা ইপুদগী করি লৌহোবগে ? যুগ অসিগা চান্নবা করম্বা পোৎশক পীবম্বগে ? ঐখোযগী পুরেন নাককপগী ধম্ম করিনো ? ইপা ইপুগী রাজনীতি করিনো ? ইপা ইপুগী রাখল মখল করম তৌবগে ? মফোঙদোক করম তৌবগে ? করি করিবুনা ঐখোযগী পুবেন নাকক-পনা পীবম্বা ঐখোযগী অশেংবনো ? করি কবিবুনা মীঙোন্দগী পুকবনো ? ঐখোযগী ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা ঐখোয়গী ফিজেৎ করিনো ? ঐখোয়না শেৎলিবা ফিজেৎনা কবিনো ? ঐখোযসি ঐখোয় কয়াম

ওইরি? ঐখোয়গী ইপা ইপু কদাইদগী লাকই? ঐখোয় কদাইদগী হৌবকই। হৌজিক্কা ঐখোয় কদাইদা লৈরি? ঐখোয়গী মিৎয়েংদা ঐখোয়গী যুম্বান কৈবান্দা, ঐখোয়গী ঈদা তোংদা এখোয় ইশাগী শকক কয়া যাওরিবা, মীঙোন্দগী অয়াম যাওখ্রবা? ঐখোয়না তম্লিবা ইকয় ঐখোয়গী অশেংবা ইকয়রা? মৈতৈ অসি মৈতৈ ওইরিব্রা? ঐবু কযাম যাম্না মৈতৈ ওইরিবগে? ঐগী কবম ববম্বা শকক্লা মৈতৈগী অশেংবা শককো? কবম করম্বা শকবা করি কদাইদগী লাকপা শকবো? অদাদা ইশানা হজিন হজিন্দুনা চঙশিন্দুনা মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা মমি থোন থোন্দুনা য়াহ হন্দুনা কুপ্পা থিবা, নৈনবা তাই।

মণিপুর ফিজিকেল্লি, পোলিটিকেল্লি ১৯৪৯ দা ভারততা পুনশিনখিবতনি মদুগী মমাঙ চহি চা বযাদগী মৈতৈগী লুংগী পুন্সি য়াথল মথল মিৎয়েং, ফিলি সেন্তিমেন্ট পুম্নমক্তি মীগীদগী লাকপনা খুদম চনখ্রে হায়নীংঙি। করিগী মৈতৈ ময়েকী মন্না বাংলা ময়েক? করিগী গৌরধর্ম্ম, করিগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম? য়াথলনা লোল শেম্মী, লোলনস্ত বাথল লৌহল্লি। করিগী লাইশংগী মহুত্তা মন্দির? করিগী সুশিবগী মহুত্তা প্রেম করিগী মৈতৈলোনগী টামগী মহুত্তা সংস্কৃত, বাংলা লোলগী টাম? হৌজিক্তা করিগী ইংলিশ লোলগী টার্ম?

অদুবু ইপা ইপুনা পারম্মী —খজিক্ক, হায়বগা য়াম্না ফোঙদোকপা মওংগী মফোঙদোক অগোয়দা, চোলোমদা। ই তপ্রবা হিক্লবা সুর ঈশৈদা। মসিদগী খঙদি ঐখোয়গী ইপা ইপুদি তপা খজিক্কা হায়বদা হৌনা হৌনা তাবা ঙম্বা নাকা পাল্লম্মী, খজিক্ক তৌবদা যাম্না উবা ঙম্বা মিৎ পাল্লম্মী, অদুনা শাউবগা মমিৎ মনা লাউথাক্কুনা লাউখোংদুনা হায়ব্রবস্ত পাশুমনং শুক্লগা খা খজিক্কং চিকপদা হেক্তা আঃ যৌনা খঙনদুনা চী লেম্না লৈরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মসি য়াবক্তে। মৈতৈগী থৌরম্বা ইন্দ্রিগী মচিন ঙসিদি পশিনখ্রে। ওইজথিবগী ইনাক খুনিংবগী, নৌনা ইনাক খুল্লকপগী শাগৈগী মরিমতাগী য়াখলনা, চাউনীবগী, চাউজনীংবগী কায়বাবগী শেন্দোংতানবগী, ব্যুরোক্রেসিগী,

শেলজ্জা থুমজাগী, ইষ্টাব্লিশমেণ্টতা যাওনীংবগী ঐগী ঐগী রাখলনা তকপদা ইন্দ্রিগী মচিন পঙশিনখ্রে। কন্না কন্না লাউদ্রবদি তাদ্রে, কন্না কন্না হৌনা হৌনা লাউশিল্লবা ফাওবা তাবিদ্রে, চোং কন্দুনা মমাঙদা চো শিন্দুনা লেপত্রবদি উদ্রে শাউরে খঙনবা মিৎ না লাউথোক্কুনা শুকতোক্কুনা লাউখোংদ্রবদি শাউই খঙদ্রে। কৌজিক্তি অমনা অমদা মথুন মথুন ওনশিন্নবগী যুগনি। খঙলবস্তু খঙশিন্নদবা উরবস্তু উশিন্নদবা, তারবস্তু তাশিন্নদবা যুগনি। খঙস্তু খঙনীংদে, তাস্তু তানী দে, উস্তু উনী দে। মখোয়না শিং খঙলিবা মীদি খবক্তনি। মী খর অসিদদি সেন্সিটিভ যাম্না ওই মখোয। ডেমোক্রেসিগী মি দা মী খবক্তগী সংসারনি।

অঙনবা য়াংখৈগী মমাঙদা যুনিভর্সিটিদগী থোবকপা মনিপুরগী অহানবা বি, এ, অহানবা, এম, এ, শি অসিদি মশা মশাগী মনুংবু মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা ব্রাহং হংলমদে। লৈবিবা সংস্কৃতীগী মশক্তা চাশিন চুশিন্দুনা হিংবা ঙম্লম্মা, কনফোর্ম তৌই। অদুবু অথেংবা যাংখৈদগীনা অথেংবা হুম্ফু ফাওবগী মনু দা গৌহাটি বোম্বে, লক্ষ্ণৌ, মাদ্রাজ, এলাহাবাদ, দেল্লি, আগ্রানচি বা যুনিভর্সিটিদগী অবাংবা থাকী মহয় তম্লবা কা বুদি মশাবু মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা ব্রাহং হংবা হৌরকই। মখোযনা হংঙি ঐখোয় কদাইদগী হৌরকপগে? নো পোক্লা? নোংচুপলা? থিরকই নোংপোক্তা ঐখোযগা মান্ন মান্নবা মফমদা ভারতকী লৈরিবা অতৈ ষ্টেটশিংগী মীশিংগা ঐখোযগা করি মরি নরুবা লৈবগে—ধর্ম্মদা, মিৎয়েং দা, রাখলদা, কলচরদা, লোলদা, এথনিক কন্সেপ্তা? ঐখোয কনানো? ঐখোয কনানো? ঐগী ইমিং করি কৌবগে? ঐখোযগী ইপা ইপু কনানো? ঐগী ফম্বম করিনো? ঐগী ধর্ম্ম করিনো? ঐগী ইশক করিনো? ইপা ইপুগী খোঙগুন থিরকই। মতমসিদা থোরকই— পানমিলনচি বা মশাগী মশক থিবা কাংবু। কাউথোকলুরবা মশাবু মশানা নীশিংনবা হোৎনরকই। মিংগী মমৈদা "সিংহ"গী মহুৎতা "মৈতৈ" হোংনরকই। ইশানা ইশাবু থিবগী

হৌজিনলকপদা মুংগী ফিভমদা ড্রামাটিক টেন্সন অমা থোরকই। মসিদগী কবিতাগী অনৌবা মূর্ত্তি কয়া শাগৎলি, লীলাগী অনৌবা মূর্ত্তি কয়া শাগৎলি। মসিদগী কবিতাগী অনৌবা লোল থোরকই, লীলাগী অনৌবা ডাইলোগ থোরকই। মচিন থোৰা ইন্দ্রিগী মীতনা মুংগী ফিভম অসিগী অনৌবা মূর্ত্তি অসি উবা ঙম্মী, অনৌবা ডাইলোগ অসি তাবা ঙম্মী। মসিনি অনৌবা মিৎযেংগী অচুম্বা।

হৌজিক্তি শম্বলদা লেপ্লগা লাউবতনা চৎনদে। মন্নুংদা চঙশিন্দুনা য়াওশিনবা তাই। ইনভোলভমেণ্ট ১দি কমিটমেণ্ট। পূকচেল শেংনা থম্মোযদা ফাওনবা হোৎনৌ। য়াওনবা হোৎনৌ। দায়িত্ব লৌনবা হোৎনৌ। উনবা হোৎনৌ। তানবা হোৎনৌ।

তাং ১।৭।৭৩ ই°

ইম্ফাল

শ্রীবীরেন

# যোঙচং

*A Dramatised Poetic Vision*

## বাহৈ খবা

'খোঙচৎ' হায়বা লীলা অসি ঐনা অহানবা ইজবা মওংগদি মান্নদনা শ্রীঅবিবম শ্যাম শর্ম্মনা এরিযান থিয়েটর, ইম্ফালদা শান্নখি। লীলাগী মথৱায ওইবিবা মন্থ গী মচাকশিংদি থাঙ্গৈশেংনা ঐগীনি। ঐগী অাশংবা ইপোৎ অদুদগী কবিস্থ হাপচিন্দে, কবিস্থ লৌথোক্ক, কৱিস্ত হোংদোক হো ভিন তৌদে। অদুবু লীলাসিগী মপালগী মশক ওইরিবা লীলাগী হকচাং হাযবদি ফোর্ম অসিদি শ্রীশ্যাম শর্ম্মা অমসুং শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ অনীগীনি। ঐনা অহানবা ইজবদি অহানবা নুপানা অশাউবা মী, অমোৎপা অমসুং নুপী অহুম অসিগা উনবগী মওং অসি তোঙান তোঙানবা সিন্দা এপিসোট অমমম ওইনা উত্নুনা মপুংফাবা লীলা অমা ওইনা পূং অহু-মুক্কী লীলা ওইনা ইজবনি। অদুবু লীলাগী ডিরেক্তরগী কল্পনাগী মূর্ত্তি অদুসু লীলাগী মক ওইবা মশক অমনি খন্দুনা ঐগা লীলাগী কাংবুগা মরৈ ওযামকম যেৎনববা মতু দা শেমদোল্লবা লীলা মচা ওইনা তাং ১৮।২।৭০ ই দা ডি হিল অণ্ড প্লেন কলচবেল ইন্টিগ্রেশনগী কনফরেন্সকী থৌবমদা উৎখি। লীলাগীদি শান্নখিবদা মাযপাকখিবা মওং অদুনা লীলাগী মপূং ওইবা মশক ওইযম থোকই খঞ্জদুনা শেমদোল্লবা শান্নদুনা ভাবোক্তা উৎপ্রবা লীলাগী মওং ওইনা নমদুনা পুথোকচরি।

শ্রীবীরেন্

ইহান হানবা ওইনা এবিযান থিয়েটর, ইম্ফালদা তাং ২৮ । ২ । ৭০ ইংদা শান্নখি। মথংদা কা বু অনিমকা তা ১৯ । ৪ । ৭০ ইংদা অমুক শান্নখি।

ডিবেক্টর—শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা
১বা নুপা—শ্রীঅবাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ
অশাউবা নুপা—শ্রীহাওবম কামিনিকুমার সিংহ
অমোংপা নুপা—শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা
নুপী—শ্রীমতী কমলা দেবী।

লালদা চঙবা মী

১বা নুপা
অশাউবা নুপা
অমোংপা নুপা
নুপী

ষ্টেজ মন্নুং অসি ইচিক চিকপা শক্তমগীনি। লম্বীনা শানা চৎখ্রি। উ অমতং তুমিন্না যুংদুনা হৌবি, মনা অমত্তা পান্দ, লেৎ-এে, লশী মশাং অদুদা বৈস্থ অমত্তা উবা ফংদে। মযেক শেংনা উহন্দবা, মুশি মুশিদনক উবা মঙাললনি। যিজং হাইদোব পদা ৎইবমগদবা অহানবা (১বা) নুপা যমদুনা লৈরম্মী।

১বা নুপা : ( তমুক্তং স্বব শানা হোন্তবগা )

ঐনা তৌবিবসিবু কবি তৌবিবনো? কদাইদনো ঐনা লেপ্লি-বগিনা? বৈনোনে তৌবিবসিবা—খোঙশা, খুৎশা, মিৎ, নাকো, নাপী, উনা-বানা নং, শা-উচেক পূন্নমক মচেৎ মচেৎ থুগাইদুনা মাগী মাগী মমি বৌ বৌদুনা শান্নবিবসিবো। চুন্না শান্নবা নত্তে, মখোয মখোযগী মশা শোক্লুবগা ঙকপনা শ্বাই-শ্বাইস্থ লাউবি। ( স্বব শা না হোন্তবগা ) উনা হাযবনা বৈনো, নূং হাযবনা বৈনো, কন্‌কন লাউবা অমা শৌশৌ লাউনা খুৎতা ফাওবব ইবা কোইবপ্‌ কোযবা লৈপাক মচু মানবসিবুবা খ্বাইনা নূং হাযনবিবসি। ( ঙৈহাক তুমিন্না লৈখি, মখুদাং থাঙ্গৎতুনা মশক উদবা হডি যেনগা ) পূং মবি মখায তাবদা মঙাযবি, নুংথিল নত্রা হৌজিকপু ( খন্তবা ) মানি নুংথিলনি। কাক খোংলি, চোঙা খোংলি, মী পূন্নমবস্থ মাগী মাগী মথৌ তৌনরি। অমা খঙদে, অমা খঙদে, হৌজিক নুংথিলনি, হৌজিক তাবিবা পূং অসি নুংহিলগী পূং মরি মখায়নি।

তোনবা ঙমদনা [ অচুবু লৌজিক্তি হৌজিক্তি ঐ, ঐ ঙমদ্রি, এ হায়বা ঙমদ্রি। ঐ হায়বা ঙমদ্রি ঐগী ইমিৎ অসি ঐগী অশেংবা, নীতিদগী বাগবকপ্রা? অশে বা হায়বা ঙমদ্রি। [ তম্ম তম্ম স্ব কনখৎলকই, ফমদুনা মশাদু ফাথনবা হোংলে ]

ঐনা অস্পক চমম্রিবসিগী মবমদি মঙাল অসিননি। মঙাল অসি মহৌশাগা নায়দে। মহৌশাদি নুংথিলগী পূং মবি মখায় থাবা ফাওবা নুমিৎকী মঙাল তশেং তশেংনা লৈবনি। মমদবনি কঙাল ঙাল্লিবনি। ঙসিদি ইমম নল্লে। ময়েক অমতা শেংদ্রে। ঘড়িগা লানবা, ঐগী ইমিৎনা লানত্রা, খোংলিবা কাক চোংবা, থবক তৌবিবা নাশি অসিগী মঙং অসিনা লানত্রা, মতম হায়বসিনা লানত্রা, মসি অনতা নাস্তু হায়বগা মঙাল অসিনা লানবা, কৈনোমদি তৌরে। অশে বসি খঙবা ঙমদ্রে।

[ তুমিন্না নক লুকথদুনা ফম্মী। উন বাইমুক চিকই। সা সাব অসি থপাথ পানবা জাব অমতা লৈতবগী মওংনি। খুট অনী বাৎত্তা মবোক নবথদুনা ফম্মী। ]

চৎ াল্লি ঐহাক অস্তুম্মক
খোঙচৎ অসিদা েইবা নাইদনা।
নাইতোম যমদুনা চিকা
শা লবা াপৌঅসিদা
পাল্লবা পুমিবাগী মবাবসিগী
মচা অনদা ঐ লৈবি।

[ ভুমিনা লৈ। খনীং নীংশিদুনা খোঙগ্রাউগী থাউ নাকন অনীমক্কা জেপকী ফুবিৎখাউ অনীদা কোযমা মাই। ফংবগী হিংসাপ্তা মশক্ উদবা মেপ পুথোক্লুনা ফাক্তোকই ]

নাইতোম যমদ্না চিক্কা
মচী অমদা
যাক্তোকই ঐনা মেপ অসি
থিরি ঐনা ঐনা থিরি।
[ তুমিন্না ঠৈংহা। ঠৈ' ]
হিঃ হিঃ হিঃ হিঃ
থিরি ঐনা থিবি।
ফংগদ্রা য লোইদ্রস্তু খঙদে
অদুবু থিদবদি ঙমদে ঐ
থিবি, থিরি, থিবি, থিবি
ঐনা থি রি বি বি।
[ ঠৈংহাক্ তমিন্না লৈ, মুন্না খৈ। ]
জাযাবনা লৈনা লৈনা চৎপদা
ঐনা ফাকলক্লি ঐগী মেপ অসি মেপ অসি।
ঐগী ইযম অমতং।
ইফম অমতং
ঐগী ঙমখৈ অমতং ঐগী।
ঐগী ঙমখৈ অমত লেপচবা ঙম্লনবা
ঐনা মেপ অসি কোইযাক যাল্লি। [থম্মোব নবা হোবকপগী
মওং উৎলকই, যাইথ মশাড়ু। ]
[ যাথবা ঙমদনা। ]
ঐ পোত্থাযম খঙদে,
ঐ পোত্থাযম খঙদে
পোত্থাবা ঙমদে।
মরাঙ হৌই ঐগী থরায
ঐগী থরায মরাঙ হৌই।

[ তুমিন্না মশা ফাথহুনা মুন্না অমুক খঙ্গে।
স্বর শাংনা শাংনা হোন্দোক হোঙ্গিন তৌই। ]
ঐ অসিবু কনানো
কনানো ঐবু ?
লাঙলবা মরক অসিদা
চিক্লা ফমলিবা ঐ অসি কনা হায়বহুনো ?
ইখোঙ অনী পানশিনবিহুনা
ইখুৎ অনী পানশিনবিহুনা
ইমিৎ অনী পানশিনবিহুনা
ইনা অনী পানশিনবিহুনা
ঐনা মফম অসিদা কৈদৌনবা লৈরিবনো ?
ঐসিবু কনানো ?

[ মতোমতা খম্বরগা ]

[ য়াম্নাথুনা ]

কান্নদে, কান্নদে
অকক্লবা অমা, অচুম্বা অমা
অওইবা অমা
ঙম্বা হৌনদে খঙবা।
অয়ুক্পু ওইরবস্থু
অহিংবু ওইরবস্থু
মুংথিলবু ওইরবস্থু
পুং মরি মথাযবু তারবস্থু
তাবু তাদ্রবস্থু,
ঐগী ইমিৎ অসি অরায়ববু ওইরবস্থু
ঐগীবু ওইরবস্থু
ঐ অসি কনানো ?

ঐ অসিবু ঐ অহুমক্লা ?
নত্ৰগা
নত্ৰগা
অতোপ্পা থৱায়না চঙলক্লত্রা
ঐগী হকচাং পোলাংসিদা
অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ
লম্বী অসিদদি ঐ চৎলি
চৎপা তাই।
লম্বী অসিদা, লম্বী অসিদা
খোঙচৎ অসিদা— — —।

[যাম্না ৱারহুনা তুনিম্না উ মখোঙদা চঙশিন্দুনা ফমথখি, তপ্না তপ্না মৈ মমথখি]

( অহানবা নুপানা উখোঙদা ফমখি। থাউমৈ মমথখি। নাকল অমদা অশাউবা নুপা অদু যু ভাউহুনা তুহুনা লৈ, লোয়ভ্রিবা ফাউবা হিপ্তুনা লৈ। অমোৎপা নুপানা তেবল চৌকি পুখোক্লুনা চঙ্লকই। তেবল মথক্তা কৈস্থ য়াউদবা গিলাস অমগা প্লেট অমগা থম্মী। )

অশাউবা নুপা : ( ১বা নুপাদা ) হাইস—( লাউগে হোৎনবা ঙমদবা )
অমোৎপা . মেনেজৰ বাবু মেনেজৰ বাবু।
অশাউবা নুপা হাইস —।
অমোৎপা . মেনেজর বাবু, পেক অমতংগা পীরকখো, অদুগা যেন্দুস্থ প্লেট অমতংগা।
অশাউবা নুপা : ( লাউগে হোৎনৈ ) হাইস—। ইনীং তম্মা লাউবা ফাওবা ঙমদ্রবা। ঙমদ্রে ঙমদ্রে ঙমদ্রে, লাউবা ঙমদ্রে, ইনীংতম্মা লাউবা ফাওবা ঙমদ্রে। শোরেন্দা

হে মীওইবা। শোল্লেদা হে মীওইবা। মীওইবসি অসুম অসুম শোক্তিনলক্লবোই। হে. হেঃ হোৎনগনি, নঙনা মুপামচারা, ঐদি মুপামচা নত্রা ? হেরা হোৎনগনি, ঐ মুপামচানি—নঙনদি ঙমদ্রগা ঐবু—হাইস—( লাউগে হোৎনৈ, ঙমদ্রে )

অমোৎপা : থকখিনি, থকখিনি, পেম্না থকখিনি। পেন্নত্রা পেন্দনত্রা খঙদে, অমা ওইবে অমা ওইরে যুদি থকখিনি। অদুগা কনানসু মযেক্ শেংনা উবা ফংদ্রিবসিনা কৈগীনো ? ইশানা ইশাগী ইশকফাওবা খঙবা ঙম্না উবা ফংদ্রে। ( মশক উদবা হোটেল বোইদা ) কৈনো নঙনা ঐঙোন্দা যেংল্লিবদি ? কৈদৌরে ? ( খুম্লক্পগুম ঙৈহাক তাবগা ) হিঃ হিঃ হিঃ ঐবো। হিঃ হিঃ হিঃ ঐবো শক্ খঙলুদ্রবা। হিঃ হিঃ হিঃ ( শিথনা নোকই )

অশাউবা মুপা : (অমোৎপনা নোকপা লোইদ্রিঙৈদা) ঙমদ্রে, ঙমদ্রে, ঐ লোইরে, ঐ লোইবে, ঐ লোইরেদনা—লাউবা ঙমদ্রে। খোন থোক্ত্রে ঐ লোইবে, ঐ শোল্লে। ঐ শোল্লে। ইখোন থোক্ত্রে, ঐ লাউবা ঙমদ্রে, ঐ ঙমদ্রে, ঙমদ্রে ঙমদ্রে, ঐ লোইবেদনা—হিঃ হিঃ হিঃ ( কপ্পী )

অমোৎপা : ঐবু ঐ নত্রবনে
ঐবু ঐ নত্রবনে
অদুদি
ঐদি ঐ ওইরিত্রা
ঐদি ঐ ওইরিত্রা
করিদি লৈরি হৌজিক্

হৌজিক্তা চিংনদবদি কৈ লৈরি? (মশক উদবা প্লেটতগী মশক উদবা য়েন লোঠুনা চাই।)

১বা নুপা : (অশাউবদা) কৈদোরবগে? অদুক্ য়াম্না থরায় শোক্না কপ্লিববু কৈদোরবগে? সে কান্নদে ব্রা ঙাঙ-নসি, অমুক্তা কম্বিয়ু—সে কম্লগা রারী শাসি।

অশাউবা নুপা : ঐ হৌগৎপা ঙমদ্রে, ঐ য়াম্না শোল্লে, ঐগী শিংলি নাউরি পুম্বা পুংপঙ পঙথবে, লেঙ ওৎপা অমতা ঙমদ্রে, ঐবু কম্মু হায়রবদি ঐবু শোগৎলু অদুগা কমগে।

[১বা নুপানা য়ু ঙাউবগী মশা ইশোক্ শোক্তনা ভাবনা শোগৎপি, য়ু ঙাউবনা শোগৎ-লিবদুগী মপা চানা খরা খরা হৌগৎলি, অদুগা যাম্না রানা কম্মী।]

১বা নুপা : ঈশিং খজিক্তা থকচগে।

অমোৎপা : বোই বোই, ঈশিং গিলাশ অমতা পুরকউ। অদুগা চাননবা খরগা পুরকখো, হিদাক্তু পেক্ অমতগা পীরকখো,—ঐ বাবুসিগা ব্রারী অমতা শাগে। (১বা নুপাদা) কমিন্নদুনা রারী ঙৈহাক শাবা য়াইদনা।

১বা নুপা : কৈ ব্রারীনো? কৈগী ব্রাদদগে। কৈ ব্রারীনো শাসি, অদুবু যাম্না চোকথনা উরে, কৈদোরে হকচাং ঙমদ্রব্রা?

অমোৎপা : য়াম্না চোকথনা উরে হায়রবা। ঐদি কৈস্তু খঙদেনা, হকচাংস্তু কৈস্তু তৌদে। ঙমদবা কৈস্তু তৌদে। (য়েন চায়)

অশাউবা নুপা : ঐ নুপামচানি, ঐ নুপামচানি। ঐ কৈস্তু কিদে, ঐগী থৌনা হন্দ্রি। ঐ কপ্লরোই, ঐ কপ্লরোই। অদুদি হরাগাড়ি থিংবা তাই। হরাগাড়ি চৎপা য়ারোই,

ঐ মুপামাচানি, হন্না থিংগনি। চৎপা য়াদে। হন্না চৎপা য়াদে। হন্না চৎপা যারোই।

১বা মুপা : কৈদৌনা থিংগদৌরিবনো ?

অশাউবা মুপা : চৎপা য়ারোই হায়রিবসিনি—ঐনা হায়রিবসিনি চৎপা সুকযা য়াবোই। হন্না চৎপা য়াবোই হায়রিবসিগি। ঐ মুপামচানি, ঐনা থিংগনি। নঙ কিন্না ঐদি কিদে, ঐ থিংগে—মীকিথি নঙ চৎথোকউ - ঐ থিংগে। (শিৎ শিৎতুনা চঙশিল্লি) ঐ শোগৎলুরাও, ঐ হন্না থিংগে, লাউ ঐবু শোগৎলুরাও। লাউনে, ঐবু শোগৎলুবাওনে। ঐ মুপামচানি হায়বেদনা, ঐ মৈতৈ মচানি, লোইগী মচা—বীব টিকেন্দ্রজিৎকী মচামশুনি, বীব পাউনা, নরসিংহগী মচা মশুনি। বক্রুবাহনগী ধারনি, আর্জ্জুনগী ঈনি। মৈতৈগী লিংজেন—ঐনুপামচানি, হন্না থিংগনি। ঐবু হন্বানা উশিৎতবা যাবোই। হে—ঐবু শোগৎলুরাও। হৌবু হৌগৎলবদি মমাঙদা হেক্তা হিপচিনগে। হৌগৎপবু ঙম্নবদি শোযদনা নি বা থুঙগনি। কৈগীনো ঐবু উশিৎত্রিবা, হন্না কৈসু লৈতবা মেছিন ফাওবনা ঐবু উশিৎ্নে। ঙসিদি লম্বী অসি ঐগীনি, হন্না চৎপা শুকযা যারোই। ঐবু উশিৎতবা সুকযা যারোই। নঙসু উশিত্তবা সুকয়া যাবোই, উশিৎপরা উশিতত্রা শেংনা হাযযু—উশিৎত্রবদি নথরায লৌগনি।

অমোৎপা : সে হিদাক্ থকউ। সে থকউনে।

১বা মুপা : এঃ ঐদি থকচদে, অদোম অদুম থকপিযু।

অমোৎপা : কবি রানো। হোটেলসিদা চঙলক্লগা হিদাক্ থক্তে, চিকন চাদে হাযববো, থকউনে থকউনে (থক্তে)।

হাঃ হাঃ হাঃ হিদাক্ থক্রুবা। ঐখোয় মফমসিদা মুতিজারগী চঙলবা চাং নাইবা খুৎফা ওইরবা ঐখোয়গীতা ওইরবা। Yes, I am an habitual customer of this cheap Hotel An habitual customer of this cheap Hotel, of this cheap Hotel নোংমতা চিথদনা চঙলিবনি। য়ু যাউম অমতং ওইববস্তু যোৎহৌদ্রবদি অহিং তুম্বা য়াদে। লৈফম খঙদে। নঙদি মফমসিদা নোংমা ফাউবা চঙলক্কে, নঙ চঙলমমোইনে—নত্রা ?

১২। মুপা : ঐস্থ নখোযগুম্বনি, নখোযগুম্বা।

অমোৎপা : No, no, হোটেলসিদি ঐখোযগুম্বতগীনি। চাং নাইনা থক্লবা, চঙলব্রবা, হোটেলসিগী মনম, হোটেলসিগী মঙাল, হোটেলসিগী কপ প্লেট, গিলাস, টেবল পুন্নমক হৈনরবা মী ঙাক্তনি। পুন্নমক অসিগা খঙনরবা ঙাক্তনি। নোংমা ফাদোক চঙলকপা মীগী মফম লৈতে। Manager, manager, লৈব্রনে ? Is there any room for a casual customer ? লৈব্রনে, হা লৈব্রনে ?

অশাউবা মুপা : হেরা, থাঙ যাওরমদবগী তৌবনি। মুমিৎ অদো থাঙ যাওদবগী তৌবনি। কৈস্ত লৈতবা মখোয়বু, হেরা —।

অমোৎপা : নোংমা ফাদোক চঙলকপা মীদা নঙনা সেবা তৌবা ঙমব্রা ? নোংমা ফাদোক চঙলকপা মীগীদমক হোটেলসিদা মফম লৈতে—নত্রা ? হোটেলসিগী চৎনবী নিযম লৈ। হোটেলসিদা য়ু থককে, য়েন খোংবা চাগে হায়রবদি চাংনাইনা চঙলকপা তাই, হোটেলসিদা লৈরিবা পোৎ মযামসিগা হৈনরবা

পঙথরবা মী অমা ওইরগে হায়না পুক্লিংদা চপ যুংনা লেপ্পা তাই , অচেৎপা রাশক লোবা তাই ।

অশাউবা নুপা : থাঙ য়াওদবগী তৌবনি। মখোয় মরীপ অদু খুৎ অসিনা মরৈ মরৈ তাশিন্দুনা চিংথোক্লগা কক্‌থৎ-কদবনি। মখোঙ মখুৎ অদু মচেৎ মচেৎ থদৎকদবনি।

অমোৎপা : নখোযনা নিংলিবু ঐ অসে যু ঙাওবেসিনিনে। যু ঙাওদুনা পঙঙাঙ ঙাঙজশারিনি সিনিনে। নত্রা ?
হুমঃ হুম হুমঃ লৈবাকসিদা যু ঙাওদবনা কনানো , যু ঙাওবনা কনানো। ঐ হৌজিক যু ঙাওদে। ঐখোয অসি হোটেল অসিদা চাং নাইনা চঙদবা য়াদবদগী চাং নাইনা চঙখি, চাং নাইনা যু থকখি। হৈনখি মনম অসি, মঙাল অসি—নমথিবসু খঙলক্কে, মম্মী হাযবসু খঙলক্কে। হৈনরমদবা পুন্নমক হৈনবক্লে—হৌজিক্তি পুমপঙ পঙথরে।

অশাউবা নুপা : ( পীক্লা ) থাং যাওদবগী তৌবনি ।

অমোৎপা : পুমপঙ পঙথবে—মনম নম্নবগী ইন্দ্রি অফ ফত্ত খঙনবগী ইন্দ্রি, শাউবা হৈনবগী ইন্দ্রি পুন্নমক পুমশি শিথগ্রে, পুঙপঙ পঙথগ্রে—হৌজিক ঐখোয শিবে—ঐখোয অশিবগা চপ মান্নরে।

অশাউবা নুপা : থাঙ য়াওদবগী তৌবনি। (মখোয় অহুম্মক তুমিন্না লৈ) ঐ হৌজিক থাঙ যাওদে। হাৎতোকচো নখোযনা ঙম্লগা,—ঐ থৌনা ফনা শিদোকপিগে। ইখোঙ ইখুৎ অসি থদৎচোনে ইবুক অসি হোগাইজো। শিদোকপিগে, শিবিগে। উশিৎ থওইদবা হাযববু।

অমোৎপা : ঐখোয় অসি শিরে হাযবসি নঙ খঙদ্রি। নত্রা : হিঃ হিঃ হিঃ ঐখোয়সু মসি য়াম্না কুইনা খঙলমদে। হৌজিক ফাওবদি ঐখোয়বু অহিংবা মী ওইনা

উরি—নত্রা? নঙ য়াম্না পঙবা জীবনি। নঙ য়াম্না পঙবা জীবনি।

অশাওবা নুপা : শিবিগে, শিবিগে— হাৎতোকচো, হাৎতোকচো, শিবিগে।

অমোৎপা : মীনা ইথক্তা কারবস্তু, ইশাগী দাযিত্ব পুম্বা মীনা মুনশ্রবস্তু ঐখোয় কৈস্তু হায়বা ঙমদে। পুক্লিংদা ইপুম থিৎনা শাউবতা। ঐখোযগী হাযববু শাউজবতা। শাউজবতনি – থবক তৌনবগী পাঙ্গল লৈতে, লমন খুম্নবগী থৌনা লৈতে। পাঙ্গল লৈত্রে হাযবসি ঐখোয় ইশাস্ত খঙজববনি। অশে বনি শাউজবতনি। কৈস্তু হায়রুবা ঙমদে, কৈস্তু তৌববা ঙমদে। পুন্নমক খঙলে, পম্মক উবে—উদবগা চপমান্নৈ, খঙদবগা চপমা ন্ন।

নঙগী নখুৎ অদু পীবকউ।

১বা নুপা : (ঙক্না) কৈদাগী দাব্রিবনো?

অমোৎপা : পীদা পীবকউনে। (১বা নুপানা মতোমতা মখুৎ তিংথোকই।)

অশাউবা নুপা : যেঙ্, অমুক্তা যেঙ্, নশামক্না যেঙ্ অশেংবদু খঙঙ্।

(মথবাক্ পায়দুনা) খাঙবা ঙমদ্রে, খাঙবা ঙমদ্রে। হাৎলগে, ঐ হাৎকেনে--থাঙ যাওরমদবগী তৌবা নত্রাও। নুমিৎ অদু থাঙ যাওরমদবগী তৌবা নত্রা? হাৎকে, ঐ হাৎকেনে, হাৎতোক্পিগে। মখোয মরীল অদু ফোযদৎতুনা হুন্দোকপিগেনে— হাঃ হা হাঃ।

অমোৎপা : শিংলিশিং অদু লোইনা শিথ্রবনি। চেল্লিবা ঈ অদু ফোঙ ফোঙ শাদ্রবনি। ফমজিল্লবনি।

ইংলবনি, অচুননি, অচুননি—অৱাবা পুন্নমক্, অওৎপা পুন্নমক্ তুমিন্না খাঙবা ঙমলিবসে—ঙক্লা ?

অশাউবা মুপা : খাঙবা ঙমদ্রে—মাবু হাৎত্রবদি ঐ শুক্পেন পেল-লবোই।

১বা মুপা : ঐদি ঐগী ইকম অমতং থিবা লাক্পনি—ঐগী ইকম অমতং থিবনি, নৈবা য়াগদ্রা হ ঙনীংবনি। নৈকম থিবা কোইচৎ চৎপদা ইশাসি চোক্থরে—ঐগী নৈকম মচেৎ অমা ফাওবা নৈরৱোইদ্রা ?

অশাউবা মুপা : মহাক্না হাৎলবা কালদা ঐগী নৈকম খঙগনি। মাবু মফমসিদগী তাম্মোক্প্রবা কালতদা ঐহাক ইংগনি। That bloody swine ! মহাক্তং হাৎলগা ঐ ইংগনি। ঐ নীংতমগনি। ঐহাক নীংতমগি।

অমোৎপা : অচুবু ঐহাক্ নীংতমজগে। ঐগী ৱারীসে লীথোক্লগা ঐ নীংতমগনি। I must live and I must fight for my message

১বা মুপা : চুম্মী, পুন্সিগী থেংনখ্রিবা খারবা য়াক্লবা থুন্নবা থৌদোক্ পুন্নমক্ লীথোক্লগা নথৱায অচু মকা ফন্না শাৎ-কায়হল্লো। নীংতম্বা পুন্নমক্ মাঙখ্রবসু থৱাযগী নৈনাসিদং ফোঙদোক্লবগী নীংতম্বচুদি ঙাব্কম থোকই। নহাক্না ফোঙদোকনীংলিবা অচুদি চিংখদনা ফোঙ-দোক্পা তাই। You must live and fight for the mission You must give birth to a great idea A message for all man, for all mankind. I must fight for my expression, for my freedom ?

অমোৎপা : ঐ ঙমদ্রে, ঐ ঙমদ্রে—হিঃ হিঃ হিঃ (ৱাস্তখি, কপ্লি)।

অশাউবা নুপা : চন্দ্রবাবু, চন্দ্রবাবু ঐবু চন্দ্রবাবুগী মনাক্তা পুবিয়ু। মাবু ঐ অমুক্তা ফুজগে। ঐগী মিৎ অসি উদ্রে, মাগী মমায মপাদু অমুক্তা তাকপিয়ু—ঐগী কিনসি মাগী মমায় মপাদুদা অমুক্তা থম্মীয়ু—মমায অদুদা ঐগী কিনসিনা অমুক্তা থিনজগে, মমাই শুগাযজগে। কিনথিন অমুক্তদা ঐ মাবু হাৎতোক্ক।

১বা নুপা : I must fight I must fight for freedom Freedom of Soul Fight for it Fight, Fight Fight for it Fight for expression. Fight for life Fight for the message. ( রাবা, রান্থবা )।

১বা নুপা : ওহ, পরিকোব অমনা খাজিন্দুনা লৈরে। সমাজগী চৎনবী, যজবা ফজদবা হাযদোকপা যাবা হাযদোকপা যাদবা পুন্সমক্ অসিনা ঐখোযবু কাজিন্দুনা থমলে। থবাযগুম্বা ননা শেংনা লৈবদি ঙম্দ্র। থবাযদি তশেংনা মনী তম্বনি। কনানা থবায মনীংতমহন্দবা ঙম্বগে।

অশাউবা নুপা : চন্দ্রবাবু, চন্দ্রবাবু। কনানো চন্দ্রবাবুবু খঙদ্রিবা? চন্দ্রবাবুবু খঙদবা অঙকপনি হায। বান্দরফুল!

অমোৎপা ঈশিং গিলাস অমতা পীয়ু—। (মশক উদবা বোইনা মশক উদবা ঈশি পুথোক্লকই। মশক উদবা গিলাস থাঙ্গৎতুনা থকই।)

অশাউবা নুপা : Is there anybody who does not hear this name N Chadra Babu ? Chandra Babu ! The big boss of Manipur

অমোৎপা : ( যাম্না তপা ) চহী ২০ মুক্নী মমাঙগী রানি। তুরেল ঈমাযদা ঙোরবা লুরবা, শেংলবা ঈশিংনা রা রা

লাউনা ঙাওনা চেল্লা। নম্বুল তুরেল, ইম্ফাল তুরেল। ব্রা ব্রা লাউবা ঈচেলগী মখান অদু ঙসি ফাওবা নাকোং অসিদা তারি।

অদুদগী অদুম কংথখি, তুরেনগী ঈচেল কংখ্রে। নত্তে, ঈশিং লোইনা কংখিবা নত্তে। চেল্লিবা ঈচেল অদু লেঙবা ঙমদনা ফমজিনখিবনি।

ছিঃ ছিঃ ছিঃ ঐস্নু সাহিত্যগী মীনি। সাহিত্য পুন্সিদগী তোপ্পা নত্তে অমতনি। ঐগী অকোয়বদা শিংলিবা ঈশিং মুংশিৎকী উদবা মপাক্তন অসিনদি ঐগী থবাযবু ঙাওহল্লি। নীংতম্না থবাযগী ব্রাবীসে লীথোকনিংবনা ঐ ঙাওরি, হৌজিক ঐ ঙাওরে।

অশাউবা মুপা : চন্দ্রবাবু। ডিবেক্তর সাহেব চন্দ্রবাবু। ক্লাস ৱান ওফিসার চন্দ্রবাবু গেজেটেট ওফিসর চন্দ্রবাবু।

অমোৎপা : ঐনা হৌজিক লৌবিবা মুপীসি,—হুম। লৌরিবা হাযরবদি ঐ কয়া পামদ্রে ঐগা লৈমিন্নরিবা হায়বনা পকচবা খরা হেনবা তাই।

অশাউবা মুপা : ইংলিস হৈবা চন্দ্রবাবু।

অমোৎপা : ঐগা লৈমিন্নরিবা মুপীসিগা ঐগা পাখং লৈশাবী ওইবগী লোনসি, লৈনসি হায়না ঙাঙনা শক্লরক্পগা জাৎ নত্তে। মা ঐখোয় লৈকায়মক্তি নত্তে, অদুবু পংলাপতি লাপতে। মাবু ঐগী মুপী ওইবক্তনি হাযবসি মঙ ফাওবদা মঙলুদে। মাবু ঐনা লৌখিবস্নু মৌ ওইনা লৌখিবনি।

অশাউবা মুপা : মুপীদা হেঙো হেঙো তৌবা চন্দ্রবাবু।

অমোৎপা : মহাকী মমা মপা লৈত্রে, মাগী অপিকপা হিঙ্গোল অমা লৈজে। নোংমা লমজাউদা তঞ্জা অমদগী থেংনখি। অসিগুম্বা পুংজা মিৎকুপ অমা লৈ—

করি লাইরাবু চেনখনো খঙদে, করম্বা মুংশিবা মনম পুবনো খঙদে—নহানমখৈ উনবদা নোংমতম্ পুক্নিংদা ফাওরক্তবা রাখল অমা ফাওরকপা পুংজা মিৎকুপ অমা লৈ। মাগা ঐগা উনবদা নোংমতম্ লক্নীংলুদে, অদুবু মুমিৎ অদুদি নংহৌররোই মতাগুম ঐনা মাবু লকখি। লককুবদগীদি মাগী ময়ুমদা অহিং অদু মাগা ফমুং অমতদা তুমিন্নবা তাখি। অহিং অদু লেকমিন্নখি।

অশাউবা মুপা: চন্দ্রবাবুনা নমদুনা ঐগী ইথক থোঙখিবা, ঐনা মাগী মীনাই ওইগ্রবা।

অমোৎপা মনেগা লৈমিন্নৈ—মতম অদু মহাক মাগী হান্নগী মুপাগা খাইনরকপা নৌরি। অশোয়বা মিৎকুপ হায়গদ্রা, মমিং থোনফম খঙদ্রবা মিৎকুপ অদুনা ঐবু মাগী মপুরোইবা হাযবদু অহি, অদুমক্তদা ওইহনগ্রে।

অশাউবা মুপা Too simple. Too simple Too much simple ঐবু নমদুনা চন্দ্রবাবুগী মখা পোনহনগ্রবা অদুদি ঐদি idiot ঐ idiot ওইরবা। I am really an idiot

অমোৎপা লৌনা লৈনরিবনি হায়দুনা তৌরিবদু মাগী অপাম্বনা কৈনো, ঐগী অপাম্বনা কৈনো, খঙনবা জাৎ নত্তে। তান চাকদুনা লক্লকুবদগী অহিং অদুমক্তং লেক্-মিন্নকুবদগী মাগা হিপমিন্নকুবদগী অদুম হেক্তা লৌনখিবনি।

অশাউবা মুপা: ইডিঅট। হৌজিক্ ফাওবা রিজাইন তৌবা ঙমদ্রি। ঙমদ্রি। তশেংনমক্ ইডিঅট ওইরবা ইডিঅট।

অমোৎপা মাসু ঐঙোন্দা লৈগেকা খল্লমগনি খাজদে। অদুবু লৈমিন্নরে। অঙাং অমা অদু মীরোনখি। অদুদগী মথং মথং অঙাং মুপা অহুম মুপী অনীগা পোকখি। ঐগী ইশাগী ওইজবা থিবদগী অসিগুম্বা তুংকোইবা মুক্ষম

অসি শাগৎখিবনি। মাগী মনাক্তা লৈবনা ঐগী ইশাগী লৈকম লৈতবা ইংখোল লৈতবগী অৱাবতু কোক্লে।

অশাউবা মুপা : য়ারোই, য়ারোই। ঐ রিজাইন তৌগনি। তৌবিগে রিজাইন তৌথোকপিগে। ( ভুমিন্না ঙৈহাক লৈকগা ) I have lost my independence since I was with Chandra Babu

অমোৎপা : মাগী মনাক্তা লৈকুবদা ঐগীনি হায়না পুথোকখিবা হায়বতু ইশাগী অসি, কী মচেৎ খরগা অসিতনি।

অশাউবা মুপা : ( মকি কোইমা মাই )।

অমোৎপা : মতমতুদদি মতুখক্তুদা মানা ঐবু কযাদা লুনা তরাম তরাম তৌব্রবা। মতমতু ঐহাক্ বি, এ, পাশমু তৌদ্রি।

অশাউবা মুপা : ঐসু এম, এ, মাসু এম, এ,—করিদা মানা হেল্লতুনা ঐগী নীংতম্বা মাঙলবা। মানা ঐঙোন্দগী কৈরি হেল্লতুনা।

অমোৎপা : ঐগী হকচাংসিদি তশেংনমক মাগী মনাক্তা থম্মুই। ঐগী হক্চাং হাযবদি তানবা নাকোং, উনবা মিৎ, চৎনবা খোঙ, পাঙদবা পোকহনবা ঐগী রাখল— পুন্নমক ঐগী অসি মঙোন্দা ঐনা পীথোকখি। অতুগা পুকিংনা লাল্লে খঙলবা য়ানীংদবতুগা লানথেংনতুনা কুদৎনবা খুৎ অমসুং থৌনা অসিদি ঐগী লৈরমদে।

অশাউবা মুপা : ( মখুৎনা কোইমা মাই )।

অমোৎপা : কোম্পীরৈগী মতেংদগী ঐহাক বি, এ, পাশ তৌরে। অতুবু মুংশিবা হায়বদি ঐ তশেংনা খঙবা ঙম্লক্তে। খম্বা থৌইবীগী চহী লিশিং কয়াগী মমুংদা মী লিশিং কয়াগী মরক্তা অমতংগা থোরকপা তাঙলবা মুংশিবা হায়বতু ঐদি খেংনরক্তে।

হৈনবদগী পঙথবা, পঙথবদগী মুংশিবা, কুইনা তিন্নব-দগী মুংশিবনি। ভাবমেন ইতা তাদনা, ইঙাও ঙাওনা অহিং ভুম্মিন্নবখিবা মুপী অদু ঐগী পুন্সিদা চঙখি। মানা ঐগী পুন্সিদা চঙখ্রিবা, অদুদা মাবু ঐনা মুংশি-খিবা হায়বদুদি ঐ খঙদে। কোম্মীবৈগী মরমদা ঐনা খল্লিবা বাখল অসিবু মুংশিবা হায়বা চাউরবা মমিং অসি থোনবা য়াগদ্রা যারোইদ্রা হায়বদু ঐ খঙদে।

অশাউবা মুপা : য়ারোই। ঐ চন্দ্রবাবু মুংশিবা শুকঙম ঙমলোই। মাগী মখা পোনবা য়াবোই। ঐ Homosexual tentency লৈতে। মুপী ওইবা ঐ পামদে। ঐ অশিবা, অইস আশা ফাওনবা হকচাং কযাৎ যাওদ্রবা মীদু নতে। ঐ শাউবা ঙম্বা মীনি। শাউগদবনি। Anger has some justification। হায়রিমখৈ তাবা, তৌরিমখৈ যাবা, শাউগন্দবা মীশিংদো ঐ পামদে। ঐ শাউগনি।

১বা মুপা : কৈগী শাউগদৌবিবনো ?

অশাউবা মুপা কৈগী শাউবোদৌবিবনো ? শাউননবা মচাক অমুক য়াম্না লৈরবসিদবু। মীওইবশিংসে শাউদবা তম্বদা অশাউবগা তকবদু খাঙবা লাকবদা মশাদ অমুম অমুম তুমশিনলক্কুনা হৌজিক্কি অমাঙবা জাতি হায়বদু ওইরে। Calm, Balance কৈ হাযবিবনো ? Calm ওইনা ৱাখল খনবা তম্বদা মরি জেন পুম্না হাৎতোক্লি। মীনমু খঙলোইদবা, তামু তারোইদবা ইপুক্লিংদা ইতোমতা ৱাখল খঞ্জবা ফাওবদা ইনীংতম্বা ঙমদ্রে। মসিদবু কৈদৌনা শাউরোইদৌরিবনো শাউগদবনি। ঐ শাউগদবনি। ঐ শাউগনি।

১বা মুপা কবিগী শাউগদৌরিবা। কন্নিগী মুংশিরোইদৌরিবনো।

করম্মা মুংশিবা, কবম্মসু শাউরোইদবা, ঐ ভাব অমতা তাদ্রে।

অশাউবা মুপা : করি? মাবু কষাম চাউবা মচানো? মবাইবক ফবদগী ডিরেক্টর কাজখিবনি। মরাইবক ফবগী বা নত্তে। শেল পীজদুনা কাপ্লিবনি। চিফ সেক্রেটরীদা মতু পীথোকতুনা সেবা তৌহনলুরগা কাবা। মবুংঙো ঐখোয়দি ইশাগী ইহৈ শিজিন্নদুনা কাবা। মাগুম্বা English sentence অমা ফাওবা চুন্না ইবা হৈতবা। হুবানবনি খঙদে, degree অমা পায়রগা হেক্কা যাবা? মাগুম্বনসু ঐগী মাঙনবা শীনবা শাবদুনা — মৈতৈ মুপী মাঙহনবা Pimp Procurer Bloody swine I will kill him

অমোংপা : ঐহাক চী দা চৎখি। ঐগী মুপী ইচাশিংদা বিদাই তৌদুনা, ইখুৎ অসিনা মকোক মকোক অদুদা শিৎশিৎ নাম্বিবিরদুনা অদুম কাযনবে। কোম্মীবৈগী মমিস্তা পৌগী ঈরা ঐগী পুকিং ইনো নৌখি—অতোনবগী পুকিং মুংশিবা অদুগা ইচাশি না তুযক্ তুযাই চন্না তুম্পক তুম্পক্ অসুম্বা—তোলোই খুন তান্না চৎখি—লুপা ১৫০ তগী।

অশাউবা মুপা : অচুম্বা চৎপা, অরানবা অমতা তৌদবা ঐবু মাগুম্বা parasite, sickening vermin অমনা থবক লৌথোকবা শীনবা শাই। Why don't I take revenge! Revenge— কন্না লাউই)।

( অদুদগী কপ্পী )

Do I dare! Do I dare?

মান্নি,

Indeed there will be a time

•

And There will be time, there will be time

To prepare a face to meet the faces that
you meet,
There will be time to murder and create,
And time for all the works and days of
hands.
মাগ্নি There will be time to murder and
create
And time for all the works and days of
hands [১]

( খুৎখুদক কুল্লগা চৎলি )

ঐ মাগা উনকসিন্না ? উনকসিন্না ? নত্তে, ঐবু মাগী মথবায অদু ফককাইদুনা মচেৎ মচেৎ তানা হুন্দোকপা ঙম্নবা লৌংজেন লৈবিত্রা ? থোনা লৈরিত্রানে ? Do I dare, Do I dare

অমোৎপা : চহী তরেৎ চীংদা লৈকন্নবা মতু চুদা ইতু ইচাশিংনা লৈরমলিবা ফিবম অদু যেংহৈবা নত্তে। ফি শেগাইবা শেৎ, চাদ থক্তবনা মযা‌৲ অদু ক‌৲ত্রিক্ ক‌৲না কুচু তাইফেৎ তাইনা ( কপ্পী ) মপা ঐ লৈনা ইচাশিংনা কযাদা ম্নানা লেনগ্রবা। ঐনা মুংশিজগ্রবা ইচা ইতোন তোনবী অপিকপচুস্থ শিন্নমলে। চদৎননা শিখিবা। লৈহৌরিবা অঙা‌৲শিং অদুনা মীগী মীনান্ন ওইনা হিংলম্নবা। অন্নেম্বা লুথাক্ চাদুনা, মীগী মপোৎ হুন্নান্দুনা ইচাশিংনা হিংলম্নবা। ইচান্মুপী লৈশাবী অদুনা ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা চাক চখোম থন্নগী মমান্নবী লৈশাবীনা চাবা লুখাক্ শেংবা, কোন ফেংবা, মমাম্নবীনা শেৎপা ফনেক্ শুবা।

(১) T S Eliot's poems ( 1917 1935 ), Faber and Faber, London 'Love Song of J. Alfred Prufock,' P 12

১বা মুপা    তাইছেদ্রে, শাঙবা ঙমদে—অদুক শাথিরবা পুন্সি অদু অমুক কোনশিন্দুনা হিংথিগদ্রা ?

অশাউবা মুপা } —( কপমিন্নে )
অমোৎপা }

অমোৎপা    কোশ্বীরৈ। কোশ্বীরৈ।

কোশ্বীরৈনা থ্বাইরম্নন্দ বাজারদা হৈয়োনফম ফমগে লপোনশেল পীমু হাযদুনা ঐনা কোইপু পুদুনা পীরগা হৈ য়োনখি। মদুন্না ঐগী ইত্তেং পাংলম্বদো মতম খরা। অদুগা খবা লৈরগা কৈথেন থেঙনা থেঙনা কুম্লকখি। নোংমা ঐপা খৎনখি। ইচম চম্বা রাথোক্কগীনি। কৈথেন কাববু অদুক ঙম্না কাগ্ররগা অদুক থেংনা কুম্লকলিবসি ফত্তে, তৌমু—সিদনিসে, মদুদা মানা ব্যাবহার যাওদনা য়ৌ যৌ খুম্নকই। ঐসু শাউদুনা মাবু ফুখি। অদুদগীদি, অদুদগীদি ইমা সিদা তৌদুম তৌগে মতানি—ফি খুৎইন্, রাঙাঙ শাঙাঙ, খুৎচৎ মহৌশাগা মান্নদ্রে। খোইখা শেৎথরগা ফেনাৎ অমা তোত্তুনা, ফি শেগা ওন্থদুনা থবাক থেক লোং-হৎতুনা চৎপদা ইল্লিবা ফিডু চিংদুনা চৎলী। নোংমা ফাদোক্ নহা ওইরিবা মুপা অমনসু সাইকল মনীংদা হাপত্নুনা চৎমিন্নে হাযনসু নাকোং য়ৌরকই।

১বা মুপা    ঙমশিল্লক্ত্রে।

অমোৎপা    ঐসে মাগী মরানি, মানা ঐগী মুপীনি। অদুবু কৈথেন কুম্লক্পদা ঐ লৈত্রা লৈতত্রা কৈসু থিরমদে, মচানা থোংবা চাক্কু চারগা অদুম তুমখি। নোংঙাল্লগসু মচানা থোংবা চাকঙনদু চারগা ঙস্তানা কৈথেন্দা। মরা অমা লৈ হায়বসি নীংশিংলমগদবা মান্দে। নোংমদি অহিং অমা, অহিং অমা মহাক্ য়াম্না থেঙ্গলবা ফাওবা কৈথেল কুম্লক্লমদে। ঐসু য়ু তপ তাখৈ থক্লগা

বিডি মপুন অমগা মাবু ঙাইরম্মী। অদুবু মাদি অহিং অদু অদুম য়ুমদা হনজিনলক্রে। নোংঙাল্লগা হললক্লম্মী।

অদুগা আঃ অদুগনে মচান্নুপী নৈশাবীদুস্ন। ঐগী ইচান্নুপী কোকহন লাইহন্দো— আঃ নৈশাবীদো। মাস্ন মমাগী চপ চাবী মচামকনি। নৈশা নৈশানা মীবোললক্কুনা মমানা নোংমা ঐঙোন্দগা তাক্লমদনা মশক্ মশা খঙদবা ড্রাইভর অমদা পৈশা লৌরগা পীথোকখ্রে। ঐগী ইচান্নুপী অহন্দো— কোকহন লাইহন্দো।

অশাউবা নুপা : নোংমা শোয়দনা লাউবক্খিনি —
Hurry up please it's time
Hurry up please it's time

১বা নুপা কনানবু লাউবিরক্কদৌরিবনো ?

অশাউবা নুপা By this weather, by this climate
By this weather, by this climate,
By this man, by this woman,
By this girl, by this child,
By these trees, by this sky

অমোৎপা We are the hollow men
We are the stuffed men
Leaning together
Headpiece filled with straw Alas ! [১]

অশাউবা নুপা নোংমদি শোযদনা লাউরখিনি—
ঐঙোন্দস্ন, মাঙোন্দস্ন নঙোন্দস্ন
পোকখাইরো, পোকখাইরো হাযনা লাউরখিনি।
মতমহূদা কনানস্ন খাঙবা ঙমলোই।

(১) T S Eliot s Poems (1917 1930), Faber and Faber, London, 'The Hollow Men', 1925, p 87

অমোৎপা : ঐ শিবা তল্লিবনি
তমলিবনি শিবা।
ঐ শিবা তল্লিবনি।

১বা নুপা : ঐ খঙদ্রে, খঙদ্রে।

অমোৎপা : মেনেজর মেনেজর। হিদাকতু খরগা পীরকখো।

[ মনুংদগী লুম্নবা খোঞ্জেন্দা লাউরকই—"কম-লিবসি কূইমল্লে। থে'ঙে ঙসিদি, হল্লো, হল্লো।" ]

অমোৎপা : ঐগী চৎপগী মতম য়ৌরবা। অদুদি, ঐ চৎপা তারেদনা।

(অমম্বদা তেবল চৌক্রি পুথোক্লুনা অমোৎপা নুপা থোক্খি।)

১বা নুপা
অশাউবা নুপা } ( চপ মান্নবা ) কৈগীনো ইমম মমশিনখ্রিবসিবু। ঐ য়াম্না কিরে। ঐ যাম্না কিরে। নঙ কদাইদা লৈবা? নঙ কদাইদা লৈ।

( যু ঙাওবদু অমম্বদা তুমিন্না থোকখি। ১বা নুপানা তুমিন্না উ মনাক্তা কমদুনা লৈহৌই। কিজং হাইদোক্লকই।)

ইনাক হাইফেৎ খুনবা লাইরিক্ লাইশু হৈবা খ্বাইনা চাউখৎলি হাযনা লৌনরিবা ইমু নি। মিংশেন চনবা অম্বারী অমগী মনুংদা ফনেক মচু খবা, চাদর শরা থুপতুনা য়াওরি। ফিযানখোক অমদা চাদব অমা হৌজিক্তা য়ানশিনলম্বগী শরা শন্না য়াল্লি। হোং-দোক্লম্বদা ঙাইরিবনা হকচা গী ইনীল যাওরি। লাই-বিক হান্না উপু অমম্ভ লৈ। কমু' অমা য়াম্না লূনা নান্না থাই। লুখুমদা তেবল মচা অমদা রেডিও অমা খিল্লি। লাইরিক্ হাপলিবা উপুদুগী মথক্তা তাইপুনবা, কোট অমুবা লিৎপা অনোক্ উপ্পা, শম নিংখিনা

হাৎপা মুপা অমগী কোটোপা, মুপীগী শক্তমদা য়াম্না ষ্টাইল তৌনা নম্বা অমগা নাকন নাকন্দা ক্রেম চন্নগা ফাজিন্নগা খিন্নি। ইমুংনি।

[ ফমুংদা মুপী অমা পত্রাক্ পত্রাক্ হিপ্পি। মহাক্ চহী ৩০ মুক্ শুরবীনি। চুং ফিরান চাবী থিক্থা ফবীনি। কুচু ঙৌই, মমাই অচু নোয পেন্নি, থোৎলি, মমিৎ উইকম উইকম তৌই। মফি কোয়ে। মশম হিক্থরে। মমু মনাক্তা থারম্বা তেবল মচাদগী ঈশিং গিলাস অচু লৌবগা য়াম্না রানা থকচিন্নি। ফমুংদা থরো থরো ওনবদা মশম অচুনা মমাইদা তরুম্মী, থ্বাংগী ফনেক্ ইনান নান্থোক্লে, পেটি কোট অচু উরে। য়াম্না সেক্সি ওইনা উৎকদবা মতাংনি। মমাই অচু ইমুন মুন্থরে, ইরং লংলম্মী, হুমাং মরিক্ মরিক্ কাই। হোন্দোরক্পা স্বরচু ফোং-ফোং শাই, মনম মুশি। ১বা মুপানা উখোঙদা ফমচুনা লৈ।]

মুপী : [ ইমুন মুন্থনা য়াবক্তা ঙংঙি ] ইযেয়েয়ে—। ইমুং লোমদা ) কনা লৈবগে ? [কনাসু খুম্নক্তে] ঐখোযগী মী অমতা লৈতররা ? ইনে, ইনে। ইনে লৈত্রো ? [ কনাসু খুম্নক্তে। মতোমতা খনবা ] ঐখোয় ইনে কদাইদা চৎখ্রে। কনামতা লৈতবা [ মখুদা থাঙ্গৎ-তুনা ঘড়ি যেংলগা] অহিংগী পুং অনী তারে। থেঙলবা অহিংদা চিক্লবা কাসিদা ইতোমতা। ইতোমতা ঙায়রে। ইতোমতা ঙায়রবা। [মতোমতা] অহিংগী মগুণবু কনাসু শঙত্রব্রনে ? অহিংগী থোইদোকপা পাংথনীংঙাই ওইরবা মগুণ অমা লৈ হায়বসি কনাসু খঙনত্রব্রনে ? অহিংগী কিরবা শক্তম অসিদা মুংঙাই-

য়বা নেশা যাওরি হায়বসি কাউথোক্লগ্রব্রনে ? অহিংগী মপাঙ্গনবু কনানস্থ খোঁশামগ্রব্রা ?

[ তুমিন্না থরো থরো ওন্দুনা থাংডি , ইমুন মুন্থে । যেথেথে যাবক্তা ডংডি । মোন মথাদা কোয়মা মাই ; কৈগুম্বা পোৎ অমা থি , ফংদে ]

য়াম্না চোকথরেদা বল্লাপ অসি চোকথবনা খোঙ-কাপ অমা ফাওবা থাংবা ডগ্লরোই । অদুগা, ঐগী লাইরিক মচাদুবু ডসাই ঐ কদাইদা থনমলে। নেশানা পীক্থনবা লাইরিক মচাদো , অপাম মুংশিগী পংথরবা রাহৈগী চবুন্দো কদাইদা থনমলে ? মদু পাবগা হকচাংগী চোকথরিবসি ফত্রা য়েংগে ভৌবনি ।

[ অমুকস্থ মোন মথাদা কোইমা মাই। মনাক্তা লৈবা তেবল মচাদুগী মথক্তা অমুক কোইথি থি । ]

লৈত্রে । অদুদি—কদাইদা থনমলে । কদাইদা থমখ্রে । [নীংশিংবা ডমত্রা য়েংডি] শিংলিদা চেল্লিবা ঈ অসি ফোঙফোঙ শাহনবগা লোযননা পংথহনবা ডম্বা লাইবিক্তো । রাহৈ অমমমনা হকচাং কযাৎ খুদিংদা শেৎ শেৎ পানহন্দুনা জ্ঞান মাঙহনবা ডম্বদো। [মতোমতা] ঐদি হৌগৎতুনা থিবদি ডগ্লরোই । ঐহাক্ য়াম্না চোকথরে। লাইবিক্তু পাবগা চোকথরিবসি কাউত্রা য়েংনীবনিদা। ওস্থোকপনিদা। ওস্থোক্লা পানীংত্রবা লাইরিক্ অদুবু কনানা লোথোকগ্র বনোনে। [তুমিন্না থরো থরো ওন্দুনা থাংডি । স্বর চাউনা হৌল্লি । উ মখোঙদা ফল্লগ্বা ১বা নুপাদু হৌগত্তুনা খোঙ মনাক্তা মপালদা চঙলকই । ]

১বা নুপা : যুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?

[ নুপী অদু তাদবগী মগুংদা খোরা শাদে । ]

ৱা অমতা হংজগে য়ুমসিবু কনা কনা লৈবগে ?
[মতোমতা] কনামতা লৈতজাৎলনে ?

মুপী : [তন্না অমদি থৌশাদনা] কনানো, কৈগীনো ?

১বা মুপা : থোঙ অমুক্তা হাদোকপিয়ু—ৱা অমতা হাযজগে তৌবনি।

মুপী : অদুম হায়বিরক্পা য়ারবোইদ্রা ?

১বা মুপা : থোঙদি হাংদোকপিবরোই হায়বিরিব্রা ?

মুপী : অং, থোঙ হাংদ্রবস্ু য়ারবদি অদুম মহায়বিরকউ।

১বা মুপা : [চিংনরক্তুনা] ঐবু চিংনবিব্রা ?

মুপী [ নোকফেৎ তৌনা ] আঃ—অদুগী ৱা নচ্চদে। করিগী
চিংনকুগদগে ?

মুপী অকাযববুদি কৈস্ু লৈতজাৎনি। অদুবু ঙসিদি ঐ

১বা মুপা : [ মুপীনা হায়রক্পহু লোইহন্দনা যাম্না থুনা ] ঙসিদি
হাংলরোই—সিনিনে ? থোঙ হাংদোকপীবদা কৈমতা
অকাযবা লৈবোইদা। লমচৎ মাঙগদবা কৈস্ু লৈতে।

মুপী : খনবীরিবহু লাল্লে। হাযবিরিবশিড্রু অমতা নত্তে।

১বা মুপা : শঙজরে। থেংলবা অহিংনি, মুপী লৈবা ইমুংদা

মুপী : [ ১বা মুপানা ঙাঙবা লোইদ্রিঙৈদা যাম্না থুনা লৌশিল্ল-
কই ] অদুম্না লৌবিরবদি ঐবু ইশক্ খঙবিদ্রে। মদুগী
ৱা নচ্চদে। [মশাবু যাম্না থাজনা] স্ুনৎ নৎতে। অদোম্না
ঐবু ইশক্ খঙবিদ্রে। লান্না লৌবিরে। মদুদি লাল্লে,
মদুদি লাল্লে।

১বা মুপা : অথেবা অহিংদা মুপী লৈবা কাগী পৌরোন শৎলু, থোঙ
হাংদোকউ হায়না অতোপ্পা শকখঙদবা মুপা অমনা হায়র-
রবদবু চিংনরোইদবা, কিরোইদবা মুপী যাওব্রা ? ঐনা
খল্লিবসিনা লানবা নত্তে, ঐনা ভৌকন্নিবা খবক অসিনা
লাল্লবনি।

মুপী : [য়ানীংদনা] নত্তে, নত্তে। মহু নত্তে। অদুগা হায়বিরিবদুগী

অর্থ ঐদি কৈস্থ খঙজদে। অহিং অথেংবদা খঙদে, অমদা খঙদে মুপাবু ঐনা কিগদবা মরম লৈতে। ঐস্থ মীনি, মুপাস্থ মীনি। কনাগুম্বনা মুপীশিংসি মী নত্তেগা হায়রকপা য়াওবক্লত্রা ?

১বা মুপা : হায়বিরিবদু ঐ খঙবা ঙমদ্রে। মুপীদি মীওইবরস্থ, মী মুপাবু অথেৎবা অহি দদি লমন্দানববুদি মহৌশানা কিনৈ। [খৎনীং নীৎশিংলক্লুনা] ঙাইখো পুম্নমক্সি লাযরি, ঐনা লানবা অমা লৈরে। [হন্থরক্লুনা তপ্না] অদোমস্থ যুম পাল্লিবীরা ? [হায়জবগী তোম্থরবা খোজেন্দা] মসি খঙলুদনা পংঙাঙ ঙাঙলুবা ঐহাক্ য়াম্না লানখ্রে। ঐ লানখ্রে। ঐ লানখ্রে, ঐবু ঙাক্পিয়ু।

মুপী : ঐ যুম পাল্লিবীনি। হৌজিক্ হৌজিক্ ইপুরোয়বা লৈবীনি। অদুবু কৈস্থ চিংনবিগনু। অদুগা হৌজিক্মক্ ইপুরোযবস্থ লৈতে।

১বা মুপা : [বা লোইবা ঙাইঙমদনা থুনা] অদু ওইববস্থ ঐ লাম্লে। ঐ চৎচরগে, থোঙগা অমতা হাৎদোক্পিরমু।

মুপী : অদুম্নদি চৎপিখিনু। কৈগুম্বা ঐনা হায়জরিবসি তাবিদনা ঐবু থাজদদুনা চৎলবদি মুপীবু হাৎপা পাপ পুবিয়ু। [মতোমতা] ঐবু ইশক্ খঙদনা চৎখিবা তাবে।

১বা মুপা : [খঙবা ঙমদনা] কৈগীনো অদুদি।

মুপী : ঐবু লায়া লোদুনা চৎখিবদি ঐ পামদে। ইপুরোইবা লৈরবস্থ ঐগী নীংতম্বগী য়াইট অসিবুদি মুনবা ঙমলোই। মসি থিংফমস্থ থোক্তে। ঐগা মাগা কৈস্থ খেন্নদে। মাস্থ মীনি, ঐস্থ মীনি। মানা মাগী ঙমখৈ মনুংদা মনীং তমজবা, ঐস্থ ঐগী ঙমখৈ মনুংদা ইনীং অমজবনি। মসি কৈদৌঙৈদস্থ য়েৎশিন্নফম থোক্তে।

১বা মুপা : হায়বিরিবদুনা ফনা চুম্লবস্থ, খেংলবা অহিংদা মুপা লৈবী

নুপীগী কাগী থোঙজিন্দা মপুরোয়বা লৈত্রিবৈদা নুপীদুগা রারী শাবা হায়র্বসি অফবা নত্তে। অদোমগী ঐগা রাবী শাবির্বসি মীনা তাগ্রগা ঐগীসু ফত্তে, অদোমগীসু ফাত্ত।

নুপী : [উশিৎতনা নোক্তুনা] অদোমদি অদুক্ কিগনবা। পুব্চেন অদুক্ পীক্পা। ঐবু যুম পানবগী থৌরিনা কিশিন্দুনা থগ্মীরগে হায়বিরিব্রনে? ঐদি নঙবু খক্ কিজদে। ঐখোযদি থোইবী, সীতা, সাবিত্রীগুম্বী নুপীজাৎ অদু নত্তে। মখোযনা অতোপ্পা যুগকিনি। ঐখোযনা যুগ অমনি। মান্নদ্রবনি।

শ্রীগোবিন্দগী ওযদা ঙাম্বোযরিবী শ্রীমতী বাশেশ্বরী, শ্রীমতী রাধিকা মখোযদগী ঐনা হেল্লবনি। শ্রীমতী রাধিকাদগী নাম্বোক্তুনা ঐনা ঙসি হি লিবনি।

১বা নুপা : কৈনো হাযবিরিবদুবো—ভাব তাদ্রে।

নুপী : নঙদা নত্তে, ঐসু হায়কম খঙদ্রিবনি। ঐনা নী শিবা পুম্নমক্ মযেক্ শেংনা হায়দোক্পা ঙমদ্রে। ঙাঙল ঙাঙলগা ঙাঙলিবা ঐ ফাওবা ভাব তাদে।

১বা নুপা : অদু ওইরগা শরা লাযনা হাযবিযুদনা।

নুপী : অদুগনে রারৌদি রারৌবিগনু। অদোমদি শরসু পঙঙি। ওম্বোক্সু পঙদ্রে। মতম অসিবু কৈস্থ খঙদবা মাল্লি। [হঙ্গোইবা তোক্তুনা] কিনা কিগল্লিবা। ঐনা হায়বদি ঐসু মীনি—সিনি। ঐগীসু থরায পাল্লি। অদুগনে, মযাম্না নুপী হায়রগা খঙনরিবা সীতা, সাবিত্রীনচিংবী অদুদি অশিবনি হাযবা।

১বা নুপা : চুম্মী, মখোয় হৌজিক লৈত্রে।

নুপী [উশিৎতনা] ইহে, মচুগী রা নত্তেদা। মখোয অসিদি অঙাংশিং—ছাত্র ছাত্রীশিংগী পরীক্ষাগীডা ওইনা লৈত্রে;

ঐগীদি ঈ তোংগী অহিংবনি হায়বা। অদুগনে, ঐসে সত্তীনি অমদি পুন্নমক্লি।

১বা মুপা : হায়বিরিবছু ভাব তাবা ইঙম ঙমদে। অদুবুনে, অদোম্না থৌনা অদুক্ যবিরবদি ঐস্ন কিদি কিশিল্লক্রে। ব্রারীদি ফনা কুইনা শারে। থোঙসিদংগা হা দোক্পিদুনা শক্কা শক্কা উ-দুনা ব্রারীসি মেন তানা শাববদি ভাব তানগ-দবনি। মসিদি অদোম্না ইমুং মনুংদা ঐনা মপান্দা। ভাব অমতস্ন তাদ্রে। [ বারৌনা ] ব্রাঙাঙদতা পুক্চেম চাউবী ওইনা ত্তৌই।

মুপী : বারৌবিগন্নু। থোঙ হাংদোক্তবগী মরমদি যাম্না চমথ্রজাৎনি।

১বা নিপা : [ যাম্না বারৌনা ] হোয় খঙজরে।

মুপী ঐহাক্ যাম্না চোকথরে। কপ্লাক্ অসি চোক্থবনা খোঙকাপ অমা ফাওবা থাংবা ঙমদ্রে। ঐনা ঙাঙজ-বিবসিস্ন ফমু দা হিপ্পগা ঙাঙজরিবনি। ঐ হৌগৎপা তশে না ঙমদদুনা তৌবনি। অদোমদি থাজবিরমদবা যাই, অদুবু ঐনা হায়জবিবসিদি অচুম্বা ঙাক্তনি।

১বা মুপা : চোকথবা মীগী খোঞ্জেনবুদি মাল্লি, অদুবু থোঙ অসিবু হাংদোকপিনবা মী অমা ফাওবা লৈত্রবনে ?

মুপী : মখোযস্ন লোইনা ইচোক চোকথনববনি। ইমুংসিদা লৈবা মুপী পুন্নমক্স্ন ঐগুম্বনি—ইচোক্ চোক্থনরবনি। অদুবু, ঙাইবিখো মখোযদা হংজরকখিগে।

[মনু লোমদা] ইনে সনাবৈ। নখোযবু তারিব্রা? নখোযগী নরক্তগী অঙম্বা অমতনা ঐগী থোঙসি অমুক্তা হাংদোক্পিযু। ঐগা ব্রারী শাগে হায়দুনা মুপা অমা মপান্দা লৈরি, মাথু অমুক্তা ঐগী ইনাক্তা চঙহন-বিরকউ— নখোম্নবু ঙমলিব্রা ?

[তুমিন্না তাই, মনুংদগী খুন্নক্পগুম মুপীসিনা তাকুরগা] ঙমদ্রে হায়বা। অদুগা সনারৈ নঙদি? [তুমিন্না থৈহাক্ তায়, মনুংদগী মখোন থাওদনা হায়রক্পদু তারগা] সনারৈ নঙস্নু ঙমদ্রে হায়বা। ইচোক্ চোক্থরে হায়বা! [১বা মুপাদা] তাবিদবেনা, ঐনা হায়শিন্নবা নচ্চদে। ঐস্নু চোক্থবনা হক্চাং অসি হৌগৎপা ঙমদ্রে। অদুদগীদি মাস্নু কদাইদনো মানা থোক্পা অদুম চৎথ্রবনি।

১বা মুপা : কৈগীনো অদুক্ চোক্থরিবদি?

মুপী হিংবনা ঐগী দাবিনি হিংবগী থবক তৌরুই। চপচানা ইথৌ তৌরুই, হি বসিদা চোকথবনি।

১বা মুপা : হিংববু করম্না চোক্থগদৌরিবনো?

মুপী [উশিৎতনা] ইহে, অদোমদি খিন্ত হায়বদা খঙগনবা মী নত্তেদনা। ইপোম হৌরবা থাবলগী ইথকশিংবু খোমজিন্দুনা সহরদা শাৎলুরে ঐনা কোম্বিরৈ ওইনা। লুপ্লুরে মখল মথেলগী চেস্তবিবা ঈচেলদা। অদুনা ঐহাক্ হৌজিক্ হক্চাংসি শাথিনা চোক্থরি। মিৎকুপ অমত পঙথখি—পৃথিগী খোঙচৎ থৈহাক্তং লেপখি। ফজরবা থম্মাল চামনিপালদা নিল্লদুনা পুন্নমক্ পঙথখি।

১বা মুপা : ব্রাহৈদি য়াম্না ফজরে অদুবু ঐদি তাবদা ইঙক ঙকলে।

মুপী : [ইকাইনা হাযফেৎ নোক্লগা কোইরম্বা পুন্নমক্ থাদোক্লুনা উশিৎতনা] নঙসে ওন্থোক্লস্নু ভাব তাগনখিদ্রে। [হেন্না হক্তোইবক্তে। কোইরম্বা পুম্বা থাদোক্লুনা] ঐগী ঙাওরবা বারীসে মশক্পানবা ব্রাহৈনা ফোঙদোক্পা ঙমদ্রে। অদুগনে নঙসিস্নু পুক্নিসিগী মুংঙাযবা শকক্ কন্না থেংনরমখিরোই। অদুনস্নু অয়াম্বা নঙনা খঙদ্রবনি। খিত্তং হায়বদা খঙ্ঙু। সিবু মযেক্ শেংনা মকা ফোঙনা হায়বা য়াবা পোৎলা?

[নোকই, নোক্পদা ইরাংগা লোইনগনি।
ফোঙ ফোঙ শাবা মুংশা স্বর ঈহৌরকনি]

১বা মুপা : অদু ওইরবসু খঙবা ঙম্নবদতি হায়বিযু। কৈসু হঙ্গোই-ন্নিকগনু।

মুপী : প্রমাণ ওইনা হায়বদা ভাব তানবা হোৎনৌ। [হেন্না হঙ্গোইদনা] নঙসু খঙগন্দবা তৌরনু হন্দক্তি। শেংনা হায়দোক্পা য়াদবা মরু ওইবা পুন্সি শরুক্ কয়ামকম লৈরিপোৎনি। [অমুক্তা কোইদনা] মুন্না তারোকো, ঐবু অনীরক্তি হললহনগনু— ইকাইজে। [ মতোমতা ] থবক ওইবিঙৈদদি কৈসু ইকাইদনা ইশামক্লা থরায় য়াওনা থবক অদু পাংথোকখি, অদুগা ৰারী ওইরবা কান্নসিদদি লীগদবা হঙ্গোইরে। [ ১বা মুপাদা ] সিনি পুন্সিবু নৌশিল্লুই। পুন্সি চপচানা শরুক্ য়াকরে। খরা যারব্রা ?

১বা মুপা : হায়বিযু হাযবিযু, খঙবা ঙম্নবা ঐহাক হোৎনজগে।

মুপী : [কন্না হোৎনদুনা] মুংঙাইনা লেঙ্গরিবা ঐগী পুন্সিনি। থম্বাল লৈকাদগী থোরকপা মুশিরবা লৈনম আঃ— [ মুংঙাইমিন্নখিবা মিৎকুপ্তু নীংশিংদুনা নিশা পান্না য়াইথারবা লিনগুম মমিৎ উইথনা] আঃ— লুম্বু লুম্বু শাবা থম্বাল লৈকাগী লৈনম। [মুম্বরক্লুনা মশম চোইথ-রকই] আঃ— পুঙপং পঙথখি। [মঙহাগুম] আঃ— পুন্নমক্ কৈসু লৈখিদে। কৈসু নীংশিংখিদে। কাউবা ঙমলোই থম্বাল লৈকাগী লৈনমদো। আঃ— থম্বাল লৈকাগী লৈনম—

১ বা মুপা: Is it perfume from a dress
That makes me so digress ?
Arms that lie along a table or wrap about shawl ১

---

১ T S Eliot s Poems ( 1917 1930 ), Faber and Faber London, 'The Love Song of J Alfred prufrock, P 13

নুপী : [থুনা লৌশিনবা] মাল্লি, মনম অদুননি ঐগী পুক্নিংবু খোইরাংহনখিবদু। পুম্নমক্ কৈস্লু লৈখিদে— লোইনা মহী চেন্‌খি। ফোঙ ফোঙ শাবা মহী, পঙথরবা মহী। আঃ— মহী অদুগা ঐগা তিন্নখি। [খাঙবা ঙম্‌দদুনা ফি মহক্তা শুক শুক নৈ] আঃ— লুম্লু লম্লু শারবা হাউববা খোইহি অদু ঐনা থকখি। ঐ কৈস্লু অমতা উখিদে। পুমকাউ কাউখি— কৈদনো অমদা তিংাখ।

১বা নুপা : অদোম্না অদুম্না হায়বগা নুংশিরবা মনম অমনা ঐবুস্লু পঙথহনগদবগী হোৎনবক্লি। মসিবু কৈনো ?

নুপী : হৌজিক্তা লুম্লু লুম্লু শাবা মহী অদুদা পু পঙ পঙথ করি। সহরগী নমথিরবা মোৎলবা মম্লবা গন্দস্লু ঐগী খম্বাল্ন লৈকা যম্না শাৎকায়কই। মসিনা তাকলিবনা, পঙথরিবা মিৎকুপ অদুনা তাকলিনা ঐগীস্লু পুন্সিগী অর্থ অমনি।

১বা নুপা : অদুবু, হিংবদা পঙথরিবদু, চোক্‌থরিবদুবু ফরিব্রনে ?

নুপী : মদু ঐস্লু খঙজদে। অদুবু মসিদি মতমগী ঈরাংনি। মসিনি পুন্সি।

১বা নুপা : ঐদি অহিং অসিমতং লেকবা মফম থিবা লাকচবনি। অহিং অসি ঐহাক্ লেক্‌ফম লৈত্রি। লেকবা মফম মচা অমতং কা মচা অমত ফংগদ্রা খন্দুনা লাকচবনি। অদুবু থোঙ হাংদোক্‌পীদ্রে— অদোমস্লু চোক্‌থদুনা লৈবিরে

নুপী : লৈবিনিংবা লৈবিনিংদবদি খঙজদ্রে। অহাংবা যমুংদি লৈজে। অহাংবা অমদা হিপ্লিবা য়াগনি। বেরা লৈজদে। ঐখোযস্লু পদ্রাক্ পদ্রাক্ তানা হেক্তা হিপচিল্লিবনি। মহৈ মহৈ পংহিপ্ হিপ্নরগা লোইরে। কনানা কনাবু

থৌশাকুবা ঙমগদগে অসুক চোকথরবা অহিংসিদবু।

১বা নুপা : [ ব্রারৌনা ] থোঙদি হাংদি হাংবিদনা।

নুপী : [ নীংশিংলকতুনা ] ইহে, ঐ ঙসাইমখৈ নীংশিংলুদ্রে—ইকাউ কাউথোকলুরে। পৌরোন্দা চৈ অমনা ইন্থোক্পা যাবনি। মদু অসুক্তা য়েংবিযু।

১বা নুপা : [যানীংদনা] অদুদা ইবেম্মদি ইপুরোইবা হৌজিক্ হৌজিক্ নৈরিবিনিদো। পৌরোনসি মহৌশানা চৈ অমনা মপান্দগী ইন্থোক্লগা কা মনু দা চঙবা যাবা ওইববদি হৌজিকসু হাংবা অদুম য়াগনি। অদুবু থোঙসি হাংদোক্লগা কা মনুংদা চঙলকতুনা ননাক্তা নৈবিঙৈদা নপুরোইবা লাকলবদি শিরেদো। (খঙ্গান্নদুনা) মসিদবু চৎখিবনা ইফ হেক ফবে।

নুপী : হনবিরগে হাযববসু, চঙবিরক্কেবু হায়বিরবসু অদোমগী ব্রাখন্নি। অদুগা ইপুরোইবগী ব্রাদি খনবিকুগনু হাযজরিবসিনি। মীওইবগী মরূপ হাযবসিবু অমতদা ফাজিন্দুনা থম্বা যাবনে। মদুদি আঃ থাযনগী ব্রাখন্নি। ঐদি কলচবড উইমেননি। ঐদি লাইবিক হৈবিনি, কলচব তৌবিনি, ঐহাক থায়নগী নুপীজাৎ নচ্চদে।

১বা নুপা : ইবেম্মনা ফনা হাযজববসু ঐহাক কৈসু খঙবা ঙমদ্রে। অদুগা য়ানীংবসু পোক্লে। লানবা হাযববু মফমসিদা লাকলিবা ঐনা লানবা হাযবদু ওইরে।

নুপী : নত্তে, নত্তে, নত্তে। [ বা খরা হায়গে তৌই, হাযদোক্পা ঙমদে।] ঙাইবিখো—ঙাই ই (হাযবা ঙমদে।)

১বা নুপা : কৈদৌরে নরোন নারিন ফাইবিবদি।

নুপী : [ খুমগে হৌৎনৈ, মরোন শেংনা থোকখিদে ]

খঙ ঙ ঙ ঙ ঙ

[মশা মউ থেক্লা কোৎনৈ, লেঙবা ঙমলক্তে। মখনাউ পায়দুনা খাঙজি। ১বা নুপানা মপান্দা ইঙক্ ঙক্লা লৈ।

অহানবা থেংনখিবা সিম্নি। ১বা মুপানা উ মখোঙদা ভুমিম্না নীংবা কায়না ফম্মী। অহানবা উৎপা সিনদগী হেন্না ইচিক চিবই। হেন্না নাইতোম তাই।]

১বা মুপা: [ মঙক্ তপ্না থাঙ্গৎতুনা ] শা লবা লম্বী অসিদা ইতোমতা চিকা ঐনা ফমনি। উনা অমা ফাওবা তারক্কে, উচেক অমা ফাওবা পাইরক্কে' খোঞ্জেন অমতম্ভু তাদে। লম্বী অসিনা কদাইদা খমগদগে হায়রবস্তু খঙদে। [মতোমতা মুন্না খন্থরগা সুন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। ]

[ তপ্না তপ্না ] লাঙলবা সহর—

বস, ট্রব, রিক্সা, কাব

একাগাডীনা ক্রক্ ক্রব ইন্নরবা

লাঙলবা সহর

মবক্ অদুদা ঐনা নাইতোম তানা

ফমলি থনুংদা চঙশিন্দুনা থিকই

ইশানা ইশাবু।

হোটেলগী কপ প্লেট তববগী

ক্রেক্ক্রাক্ ক্রেক্ক্রাক্ লাউবা মখোন

চাগে থক্কে পীযু হাযবগী

চমন্ননা লৌফম খঙদনা লাঙলবা হোটেলগী

মচী অমদা নাইতোম ফম্মী চিক্লা।

মফম পুন্নমক্তা ইতোমতা ঙাইবগী

চিক্লবা রাখল অমদা ঐগী পুকিং অসি

তান্না চাক্তাকই।

হৌজিকমুক! হৌজিকমুক ঐহাক কদায়দা চৎপা তারে। কদাযদা চৎকনি! কদাযদনো [ মুন্না খন্থরগা ] চৎতবদি য়াদে। ঐনা খঙদবা অমনা তত্তনা ইমশিল্লি।

চৎতনা লৈবা ঐ সু.ঙম ঙমদে। ঐনা খঙদবা অমগা ঐগা যানগ্রবনি, ঐনা চৎকনি হায়না হায়গ্রবনি। হৈন-দবনদি লোইরে, অদুবু হৈনগ্রবসু মাগা হায়নখিবদু হেক ঙাক্তবদা ঐ শিগনি। ঐনা খঙদবা অমগী তৌদবা সুংবা য়াদ্রবা থবক তৌরিবনি ঐ।

[ রাখল মুন্না খন্তবগা ]

যাম্না চৎলুরে। মকম কযাদা চৎলুরে। কয়া থেংনরে। মী কয়া থে.নকরে—খঙনবা খঙনদবা কযাগা থেংনকরে। হৌজিক্কি ইতোমতা মঙাবরে, ইতোমতা! মী কযাগা রারী কয়া পুং কয়া শাকই, লোইরকপদা মমৈথংদা ইতোমতা! মী কযাগী পুন্সিদা চঙদুনা লৈকই, অরোই-বদা মমৈথ.দা ইতোমতা। মমৈথংদা ইতোমতা!

[ মক লুকথদুনা মুন্না খষ্টে ]

[ স্বর ফুইনা ]

অস—
অস—
মহৌশাদগী লৈরক্লবা
মূর্ত্তি অসি পাশিনলকলে অসুম অসুম
মমি শামিদমক মঙাযরকালে।
নুমিৎকি মচেৎসিমদা
মহৌশাদগী কনলকলিবা মকমসি
অসুম অসুম পীকশনন্দকলে।
খোঙফম চেৎনা মীওইবনা লেপ্লম্বদু
নাম্থোকখিফাও যারি হৌজিক।
অস—
অসুম অসুম পীকশিললকলে
অসুম অসুম পীকশিল্লকলে।

ঐগী মুপী

ঐগী ইপুরোইবা

ঐগী ইপা, ঐগী ইমা

ঐগী ইচা, ঐগী ইরূপ

ঐ

ঐ

অচেৎপা কৈস্থ লৈত্রে

অচেৎপা কৈস্থ লৈত্রে।

অস্থম অস্থম কোমথোকলক্লে

অস্থম অস্থম কোমথোকলক্লে।

[ তর দা মুন্না শ ত্রিক যে ঙি ]

অরোইবদা

মমৈথংদা ইতোমতা

ইতোঃতগী মবীনি। ইতোমতনি।

[ যাম্না চিকনা হাযগনি। ]

মীতোপ হাযবদু তাশংনা ওইবে ঐ। মীতোপ হাযবদু তশেংনা ওইরে। মীতোপ। মখোয়গা ঐগগী মরী অসি অচেৎপা কৈস্থ লৈত্রে। খরদং চেৎলিবা মরী হাযববু ইতোমতগী মরীসিমতা মঙাযরে। অতৈগী মবীদি কৈস্থ লৈত্রে। অস্থম অস্থম কোমথোকলক্লে। যাম্না থাজবগা লোয়ননা লেপ্লিবা হাযববু ঐ ইতোমতা মঙাযবে। [মথৱায মু ঙাযতনা] মসিস্থ কযা কুইগবা। কযা কুইগবা। কৌজিক ফাওবদি ঐ লৈরি। ঐ লৈরি। ঐ। ঐ। ঐ। ইতোমতনি। অতৈগী হিংবগী খুদম খঙদে। ঐনস্থ খঙদে অতোপ্পগী হিংবগী খুদম।

[ মথৱাই যাম্না মুংঙাইতনা ]

Nothing happens, nobody comes, nobody goes, it is awful

তশেংনমক হৈনদ্রে। হৈনদ্রবা পুন্সি হায়বদু হেক ওইরে। পুম্নমক অসি অৱাবগী খুদমনি। All I know of myself is that I suffer ঐ ৱায, ঐ হৈনদে সিদনি। মখোয়গী মমিৎ মনা, চৎলিবা খুৎচৎ লাকচৎ, শিৎলিবা ঈশিং মুংশিৎ পুম্নমক ঐ হৈনদে। সুংহৈ হৈনদে। ঐগীদি মসি নত্তে, ঐগীদি মসি নত্তে, নত্তে, নত্তে নত্তে নত্তে, মসি নত্তে, সুংনৎ নত্তে।

[ মশাদু শুরু শুরু নৈনা খাঙঙি। মুপীনা অঙাং পোক্লমদাইগী অরোইবী মঙদা খাঙবদুনি। কোনশিন্দুনা মখুৎ অনীনা লৈপাক্তা কন্না পায়শিন্দুনা য়ান্নৱগা খাঙঙি। ]

[ ঙৈহাক লৈরগা তপ্না তপ্না ]

ইশা ফাওবা ইশাগী ওইরক্তে। হায়নীংঙাই লৈতনা মীতোপ হায়বদু ওইবে। মপীমপা লৈত্রবা পুন্সিনি। মপীমপা লৈত্রবা। ঐহাক মীতোপনি মীতোপ। I am not myself, I am somoone else I am not myself, I am someone else

[ তৱংদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। ]

[ তপ্না তপ্না স্কৃন হাইজিনলকই ]

## ৱা খৱা

লীলা অসিগী ৱারী পরীং অসি ঐগী মরূপ শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ কবিনা ঐঙোন্দা পীবিবনি। ৱারী অসিবু করিগী ঐনা ইকরিবনো হায়বদুদি ৱারী অসিদা কবিতাগী অচুম্বা অমা য়াওরিবসি অমদি ঐখোযগী সমাজগী, ঐখোয়গী মীওইশিংগী মশক্কা যাম্না নকনবা মশক অমা লৈবসি ঐনা উজবদগী ৱারী অসি ঐনা লৌজবনি। ঐনা চেৎনা থাজবা ১দি শোযদ্রে খঙলবা ৱাখলগা লোইননা হাযজনীংবদি লীলা অসি ঐখোযগী সমাজগা খ্বাইদগী নবনবা সাহিত্যশিংগী মন্নুংদা অমনি। মসিদা য়াওরিবশিংসি ঐখোযগী সমাজনি। মসিগীদমক শ্রীইবোপিশক সিংহদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ষ্টেজ ডিরেক্সনগী মতা দা ঐনা অহানবা ইবগা খরা খেন্নবা মসিদা পুথোকচরে। মরমদি ঐনা তশেংনা ইজবদগী লীলা ওইনা শান্নবা মতমদা ড্রিরেক্তর ওইরিবা শ্রীশ্যাম শর্ম্মনা ফনা ফজনা হোংদোকখি। ডিরেক্তর, এক্তর ১দি অইবগা অহুমগী কল্পনাগী অচুম্বা অদুগী উনফম অমা থিজরিবা অমা ঐনা ওইজকবা মরমনা ডিরেক্তরবু নীংতম্বা পীবা অসিসু ঐগী কলাগী লিচৎনি। ঐনা অহানবা ইজবদি ষ্টেজ ডিজাইন অসি অসুক যাম্না এবষ্ট্রেক্ট ওইদে। অসুক যাম্না সিম্বোলিক ওইদে। মসি পুম্বা শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী হোৎনমন্নি। 'এনেক্ট মেগাজিনগী ৬৭শুবা মশীং জুলাই ১৯৭২ ইংদা ফোংখিবা ইংলিশতা শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহনা হন্দোকপা অদুগা মান্নদবা খবসু থেংনবিগনি। হন্দক ফোঙনবা হোৎজবা অসিদা খরা শেমদোকপসু যাওরে। সিমুযেল বেকেট্টকী 'এণ্ডগেম' দগী ৱাহৈ খরা লৌদুনা শিজিন্নহ্দুসু মসিদদি লৌথোকলে। মরমদি মসি য়াওদবদা কৈসু অমাঙবা লৈতবদু উবা ফংলে। অদুদগী অরোইবদা মুপাদু ওইরিবা ফিবমবু যানীদবা লাম্হেংনবদা লোইশিনলে। অহোংবা খরসি উবিগনি।

শ্রীবীরেন

এরিয়ান থিয়েটরনা তাং ৬ । ২ । ৭১ ইং, থাংজ নুমিৎতা ইহান হান্না শান্নখি।

ডিরেক্তর—প্রোফেশার অরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ

নুপা—প্রোফেশার লোকেন্দ্র সিংহ

নুপী—কুমারী বিনো দেবী

তা, ৭ । ২ । ৭১ ইং নোংমাইজিং নুমিৎতা অমুক্তা হন্না শান্নরবা মতুংদা প্রোফেশার শ্যাম শর্ম্মনা ডিরেক্টর ওইদুনা তাং ২৬ । ৪ । ৭১ ইং অমসুং তাং ১৬ । ৫ । ৭১ ইংদা মথক্কী কলাকারশিংসিগা লোইননা শান্নখি।

লীলাসিগী ব্লাবী পরীং হুনবিখিবা কবিনহা
শ্রীথাংজম ইবোপীশক সিংহগীদমক . . . ।

অপষ্টেজগী য়েৎথংবা ময়ায়দা দারি অমসুং সিডি য়াওবা থোঙ অমা। ফকলাং য়াউদে, কৈস্নমতা য়াওদে। মসি এরিয়া 'বি' নি। অপষ্টেজগী ওয়থংবদা ট্রায়েংগুলার সেটিং। ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবা বিলামাটি চনবা ফ্রেম অমসুং য়ুম্বী—মসি মুপানা ইহান হান্না মশাবু মশক তাকপদা লেপকদবা মফমনি। মসিনা এরিয়া 'এ' নি। যেৎথংবা ডাউনষ্টেজদগী যেৎথংবা অপষ্টেজ ফাওবা শমনখিবা কাদ্রে গুনারগী ফ্রেমশিং—অপষ্টেজসিগী ওইথংবদা লৈরিবা ট্রায়েংগুলারদুগা স্মেট্রিকেল ওইনহনগনি। সেটিং মপুম অসিমক এবট্রেক্ট ডিজাইননি। মচু যাওদে অতিযা লৈতে, ম্যুউজিক য়াওদে।

[ এরিযা 'এ' থাউমৈ কাপ্লকই। সোফিষ্টিকেট ওইবা মুপা অমা লেপলম্মী অদুগা মশাবু মশক তাকচৈ। ]

নুপা : তির্নবিরিবা ইবুংঙো ইবেয়শিং। ঐ মফমসিদা লৈরম্মী। করম্বা মতমদা লৈবয়গে হায়বদুদি ঐ খঙদে। মফমসিদা ঐ লৈরম্মী হায়না ঐহাক চেৎনা থাজ। নোংমা করি মুমিৎনো, চহী কযা কুইরবা হায়বদুদি তাংদাংবা ঐহাক খঙহৌদ্রে, নোংমা ইয়ুম থাদোক্কুনা চৎলুই কদাযদনোদা। মরক অসিদা ঐ কদাযদা লৈকুবগে হায়বদু হংবিরক্কনু, মরমদি মদু ঐহাক খঙজদে। লৈনীংবা মফম অমদা লৈকুরবসু, কয়াম কুইশ্রবা ইয়ুম থাদোকখিমা হায়বদু চপচাবা খঙদ্রবসু, ঙসিদি ঐহাক ইয়ুমসিদা অমুক হল্লকলে। ঐ ইয়ুমদা লৈকুবগে হায়না লাকলি। নোংমা তান চাকুবদগী ইখঙ খঙহৌদনা লাকখিবনি মফমসিদা। মতমদুদসু শক্তাকচখি ঐনা মযামগী মফমদা ইশাগী ইশক অশেংবদু নমশিল্লগা খঙহৌদনা থুংলরিবা মফমসিগী মশক মচুদু ঐনি হায়না। অদুগা ঐহাক খৎসু খৎনকরে ঐ অমসুং ইথক্তা যোমশিল্লক্লিবা ইশক ইচু অসিগা।

ময়ামা ঐসি কনানো হায়না হংবিবরুবদি, ঐসি কনানো, ঐসি কনানো ঐসি কনানো— ময়াম্না ঐঙোন্দা হংবিরক্লবদি খুমগদবদি ঐ কনাস্থ নত্তে, কনাস্থ নত্তে, নত্তে ঐ , ঐস্থ সিদা ফম্বিরিবা ময়ামগা কৈস্থ অমতা খেন্নদে। খরা হেক্না ময়েক শেংনা হায়বা তারবদি ঐহাক মীনি,

মীনি তাইব, মী।
মৈতৈস্থ নত্তে ঐ
পাঙনস্থ নত্তে ঐ
হাওস্থ নত্তে
ময়াংস্থ নত্তে
গোরাস্থ
নেগ্রোস্থ নত্তে ঐ
লৈতে ঐগী জাতি
লৈতে ঐগী শাগৈ
ঐদি মীনি
ঐনি মীনি
তাইব, মীনি।

[ তুমিন লৈ ]

ময়ামদা ঐনা হায়গদবা অমনা মতম কুইনগী তুংদা ঐ যমসিদা হল্লক্লে।

[ থাউমৈ মমখি। এরিয়া 'বি' ঙাঙ্গোলকই। দাবি মথক্তা নুপী অমা ভাবোক্তা তুংওঙ্গোকা লেপ্লম্মী , ওঙ্গোবকই, ভাবোকা মাইযোক্লনা ঙাঙলকই। ]

নুপী : ঐহাক করম্বা নুমিৎতা যুমসিদা লাকখিবা—মদু ঐ খংদে। নীংশিংবস্থ থোক্রে। যুমসিদা ঐহাক অস্থম্মক অস্থম লৈরম্মী,

লৈরক্লি। অস্তুম্না য়ুমসিগা ঐগা অমত্তা ওইশিনখি। ঐনা খঙলকপদা নুপা অমগা ঐগা লৈমিন্নরম্বনি। অদুবু অরাবদি, অরাবাদ মাগা ঐগা করি মরী থোরবা হাযবদু ঐহাক খঙদে। মতুদগী ঐহাক মাঙোন্দা অস্তুম অস্তুম চঙশিনখি, অস্তুম অস্তুম চঙশিনখি। মাস্তু ঐঙোন্দা অস্তুম অস্তুম তিনশিনখি, অস্তুম অস্তুম তিনশিনখি। কুইনা য়ুমসিদা মাগা ঐগা লৈমিন্নবগা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক য়ুমসিবু থাদোক্লুনা চৎখি। অদুদগীদি

অতম্মক মথো খঙখিদ্রে।
নো মা ইখঙ খঙহৌদনা ওইখি অহিং
অহি, ওইবকপগী নুমিৎ তাখিবদুদগী
নুমিৎ অদুম থোকখিদ্রে
হৌজিক্তি মঙাল লৈত্রে
মফমসিদা মঙাল লৈত্রে
মঙাল মঙাল মঙাল

তিনবিবিবা ইবুংঙো ইবেম্মশি। ঐহাক য়ুমসিগী শুদমনি। য়ুমসিগী মীনি য়ুমসি ঐনি, য়ুমসি ঐগীনি। সিদা ফম্বাবিবশিংগা ঐগা কৈস্ত অমতা খেনদে।

[ নুপীদু থোঙ হাংদোক্লুনা মনুংদা চৎখি। ]

[ মফম পূম্নমক্তা মৈ ঙাহ্রোরকই। নুপাদু হান্নগী মফমদুদা লেপ্লুনা লৈবম্বদগী কোট লৌথোকই, লেজুমদা য়ানখৎতুনা স্কুল কোলেজ অফিসন-চিংবদগী কুম্লকপগুম অমদি থবক চৎথোকলুবদগী হজিল্ললকপগুম মহৌশা মহৌশা ওইনা কোম্না য়ুমলোমদা চঙশিল্লকই। থোঙ হাংদোক্লুনা

চঙগে তৌবদগী খঙহৌদনা থোঙ মনুংদগী বল্লা ইস্লোকরকই, লৈমাইদা লোংগ্রাক লোংনা তুই।]

নুপী : [থোঙদগী থোরকতুনা] কনানো ?

নুপা : [হোৌগৎলগা ঙকা] কনানো করিগীনো ?

নুপী  নঙ কনানো ?

নুপা : করিগীনো ?

নুপী : [মতোমতা] করিগীনো মানা ৱাহংসি হ নিবসি। ঐ ভাব অমতা তাদ্রে। মসিবু হংক্ষম থোকপা মচ, ওইবা ৱাহং নত্রনে ?

নুপা : করি হাযবিবনো নঙনা হায়বিববু ?

নুপী : নঙদি ?

নুপা. ঐগীবুদি, নঙনা ৱাহং অদু করিগী ঐঙোন্দা হ লিবনো হাযবনি।

নুপী : করিগী হ লোইদৌবিবনো ৱাহংসিবু ?

নুপা : [মতোমতা] ঐ মানা হাযবিবসি ভাব অমতা তাবা ঙমদে। ইযুমদা লাকপদা চঙবা যাদ্রবা। চঙগে তৌবদা ইঙক পায়তুনা ইস্লোক্লবা। মসি করিগীনো ? করিগীনো মসিবু ? (নুপীদা) করিগী হ লোইদৌবিবনো ৱাহং অদু ?

নুপী : ঐ নঙবু নশক খঙদে। যুম অসিদি ঐগীনি। শকখঙদবা অমবু শানিস্থ মীনিস্থ খঙদনা করিগীদমক ইযুমদা মবম খঙদনা চঙহনগদগে ?

নুপা : [মথৱায় ৱানা] ইস!

নুপী : [মতোমতা শোনশেন্দুনা দাবিদগী কুমথরকই] ঙসি তৌরিবা মতৌসি ঐ ভাব অমতা তাদ্রে, মঙলা তাইবংলা অসিবু।

নুপা : মসিবু নঙগী যুম ঐনা মতম খরদং চৎথোকলুবদা ঐগী ইযুম ক্ষাওবা মশক মশা খঙদবা শানি মীনি খঙদবা অমগী মযুম ওস্লোকপ্রবা! হায়রিবসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে ? তৌরিবশিংসি

ওইখোকপা য়াবা নত্তে। ঐ ভাব অমত্তা তাবা ঙমদ্রে। ময়েক শেংনা নহাক ঐঙোন্দা খরা তাকপিয়ু।

মুপী: [যাম্না হৈশিংনা] ঐ অসে যুম অসিগী মপুনি হাযবদি য়ুম অসি ঐগী ইযুমনি। ঐনা খঙলকপদগী ঐহাক যুমসিগী মপু ওইনা লৈরবলি।

মুপা: করম্না? [ঙক্না অমদি খঙনীংনা যেংঙি]

মুপী: [মতোমত্তা] করি বাহংনো মানা হংলিবসিবু? (মুপাদা) মতুবু হংবা যাবা ৱাহংনবে?

মুপা: করিগী হংলোইদোরিবনো? ঐগী ইযুমবু ঐ লৈমা লৈনা নঙনা নমতুনা মুন্দুনা লোগে তোরে, নঙগী নযুমনি হায়না শিখাং খা পি। মসিদবু ৱাহং অসি হংদবা য়ারিব্রা?

মুপী: ঐ, ঐনা হেক খঙলকপদগী যুমসিদা লৈরকলি। যুমসি ঐগী ওইতুনা অস্তুমক লাকপি। মসিদবু ঐগী ইযুম নত্তনা কনাগী ওইগদগে?

মুপা: মতুনদি ওক্রি।

মুপী মসিনা মতিক চাবা পাউখুম ওইদ্রিবা' [বাখল হৈহাক খন্থে, তুমিন্না হৈহাক লৈ।]

মচেৎ মচেৎ তৌদুনা যুম অসি ঐখোয় অনীনা শাগৎ-খিবনি। য়াম্না ৱানা ইশাগী হুমা মমন্তনা, ইশাগী ইজ্জৎকীদমক যুম অসি তেকলি তেকলি তৌদুনা শাগৎখি। যুম অসিদা ইশাগী ঈ মরিক মরিক চঙখ্রবনি। অদুক ৱানা শাগৎচখিবা ইযুম অসি মপুং ফারকলবদা অমুক কিন্থবা তারবা। ঐ ঐসি মপু নত্তে হায়না তান্তোকপা ফারবা।

মুপা: যুম অসি শাখিবা কযাম কুইরবগে?

মুপা: নঙনা হায়রিবসিবু ঙহান, ঙরাং ঙসি হয়েং হংচিৎ পুং অমা অনী অহুম পুন্নমক অসিগী মমিংদা হাযযু হাযরিব্রা?

মুপা: নত্রবদি করম তৌগে হাযরিবা?

নুপা : মদোমদদি ঐহাক হায়বা গুমলোই। মতমগী রাকমদা ঐহাক অদুক যাম্না হৈশিংবী অমদি নত্তে।

নুপা : ফরে, নঙগী হায়ববু, অমা খঙদে অমা খঙদে যুম অসি নঙগীনি। সিনিনে ?

নুপী : অং।

নুপা : মদুদনি ঐনা খ্বাইদগী ভাব তাদ্রিবসি।

নুপা : ঐগী ইযুমবু ঐগী ইযুমনি হায়বদা ভাব তাদ্রিবা নঙ অসিবু করম্বা মখলগী জীবনো হায়বদুনি ঐনা অমুক ভাব তাদ্রিবা। নঙগা তাঙনরিবা অসি ঐহাক ভাব অমতা তাদ্রে।

নুপা : ঐস্তু যুম অসি ঐগী ইযুমনি হায়দুনা চঙলকলিবনি। মতম খরা ঐহাক কদাইদনো'মদা চৎথোকলুই, কৌজিক হল্লকলবনি, ইযুমদা লৈকুরগে হায়না হল্লকলিবনি। অদুবু ঐনা চৎথোক খ্রিতৈঙদা ঐগী ইযুমনা নঙগী নযুম ওন্থোকলমদে। মসিদনি ঐনা ভাব তাদ্রিবা।

নুপী : অমা খঙদে, অমা খঙদে, যুমসিদি ঐগীনি। নঙবু ঐহাক নশক খঙদে।

নুপা [মশা মতোমতা] ঐগী ইযুম ফাওবা লৈবমদ্রবা। (ভাবোকতা) ঐগী ইযুম লৈরমদ্রে, লৈবমদ্রে, লৈরমদ্রে— ঐগী ইযুম লৈরমদ্রে। কদাযদা লৈউ হাযরিবনো ঐবো ? (কেন্না কন্না) কদাযদা লৈউগে ? লৈফম অমতা পীবিযু, ঐগী লৈফম অমতা পীবিযু। লৈফম অমতা, লৈফম অমতা।

নুপা : করম্বা মতমদা যুমসিদা নঙনা লৈরম্বনো ? অদুগা কৈদৌঙৈ যুমসিবু থাদোকভুনা চৎখিবগে ?

নুপা মদু হংলকনু।

নুপী : করিগী ?

নুপা : করি হাযযুগে ?

নুপী : নঙগা ঐগা খঙনবা মরোন্দা।

নুপা : নঙগা ঐগা খঙনবা মরোন্দা ?

নুপী : অং।

নুপা : মদু ঐ খঙদে। ঐ খঙদে। ঐ যুমসিদা লৈরম্মী, যুম অসি শাবদা ঐ ইশামক য়াওনা শাখিবনি, য়ুম অসি ঐগীনি হায়বদি ঐ ভশেংনা ঙসি ফাওবা খঙজি। মতমবু মকক ককথংপা ঐংহাক ঙমদে। অদুগা ঐনা খঙলিবসিদি ময়েক য়াম্না শেংলি অরানবা অমতা য়াওদ্রি।

নুপী : নঙনা হায়রিবদু ঐ কৈস্থ অমতা খঙদে, খঙবস্থ পামদে। নয়ুম থাদোকতুনা অস্থুক কুইবসি কদাইদা লৈকই ?

নুপা : কদাইদ লৈকবগে হায়বদুস্থ ঐ খঙদে।

নুপী : খঙদে ?

নুপা : খঙদে।

নুপী : অস্থুক কুইবসিবু ?

নুপা : কয়াম কুইরবা ?

নুপী : খঙদে।

নুপা : খঙদে ?

নুপী : খঙদে।

নুপা : নঙ খঙদে ?

( সেকেণ্ড বন্থ্রামুক তু মন লৈ। )

নুপী : কৈদোবা ?

নুপা : [নোকই] হিঃ হিঃ হিঃ। তৌনরিবসি পৃথিবী অসিবু মচেৎ মচেৎ যেনথোকপগী রানি। মপুস্থ পান্দবা চাউগ্রবা পৃথিবী অসি য়েন্নরি—ঐগী মচেৎ, মাগী মচেৎ, নঙগী মচেৎ, মচেৎ—অকোনবদি শিংকুপ শানা—পুমতুম তুন্না। অদুদগী হেন-জিনগ্রে, হেনজিন্দে। অদুদগী খৎনবা।

নুপী : [ঙসাইমথৈ তারমদবগুম লৈরম্বদগী ইকোন কোনবগী রাহৈ 'খৎনবা' হাযবসিদংদা তারকতুনা] কনা কনা খৎনরিবা ?

নুপা : নঙগা ঐগা।

নুপী : নঙগা ঐগা খৎনরবা ?

নুপা : খৎনরবা। ঐগী মচেৎ অন্থবু নঙগী মচেৎনি হাযরি। ঐনা খিরি ঐগী মচেৎ অদু কদাইদনো হায়না। মদু ঐ খঙদ্রে।

নুপী : নঙনা য়ুমসিগী মপুনি হায়রবদি মপু ওইবগী করি খুদম ?

নুপা : মদুনা করিগী ?

নুপী : য়ুমসি চঙননবা। নঙগী নশক তাকউ।

নুপা : ইয়ুমদা চঙগে হায়রবসু অমুক ইশক ইমিং শন্দোক্না তাকখিবা তাবি।

নুপী : ঐ নঙবু নশক খঙদে। ঐঙোন্দা খঙহল্লু।

নুপা : মসিবু দরকার ওইব্রনে ?

নুপী : কবিগী ওইদনি!

নুপা : [তুমিন্না ঙৈহাক লৈ] য়ুমসিদা নুপী অমা লৈবমব্রা ?

নুপী লৈরমদে। ঐদনি লৈরম্বা।

নুপা : [ডাউনষ্টেজগী ওযথংবদা চৎতুনা] ঐগা নুপী অমগা য়ুমসিদা লৈমিন্নবম্মী। নুপী অদুগা ঐগা করি মরী থোক্লবগে হায়বন্থ তশেংনা খঙনদ্রবস্থ মাবু ঐনা ঐগী নুপীনি হায়না, মানা ঐবু মাগী নুপানি হায়না অদুম খন্নৈ।

[ডাউনষ্টেজগী মযাযদা চঙশিল্লি।]

নুপী : অদুগীবুদি ঐসু নুপা অমগা লৈমিন্নবম্মী। য়ুমসিদা লৈরম্বা হাযববু ঐগা নুপা অমতগনি। মাগা ঐগা কবি মরী থোকবগে হাযবদু তশেংনমক খঙনদ্রবস্থ মাবু ঐনা ঐগী নুপানি হাযনা অদুম খল্লি, মানসু ঐবু মাগী নুপীনি হাযনা অদুম মখল্লি। অসুম্না অসুম মখন্নৈ।

নুপা : অদুদি কৈগীনো ?

নুপী : খঙদে। [ঙৈহাক তুমিন্না লৈ।]
(থুনা থোঙ লোমদা চঙশিন্দুনা) মদুনদি য়াদে। য়ুম অসি ঐগীনি, নঙ চঙবা য়ারোই।

নুপা : ঐস্তু যুম অসি ঐগী ইযুমনি হায়না চেৎনা থাজরি।

নুপী : [নুপাদুবু তান্নদুনা] যুম অসি করম্না নঙগী ওইবিবনো ?

নুপা : [হৌনা] খঙদে।

নুপী : [ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবদা তাম্বোক্লবা ধমকা তৌদুনা] নঙগী নমিং, নঙগী ধর্ম্ম নঙগী চৎনবী অমতা ঐ খঙদে। শুগায়না হায়য়ু। নঙগী নশক মুন্না তাকউ।

নুপা : যুমসিগী ধর্ম্মদু ঐগী ধর্ম্মনি, যুমসিগী চৎনবীদু ঐগীস্থনি।

নুপী : মদুনা যাদে। নঙগী আইডেন্দিতি পীয়ু।

নুপা : হোয, পীগনি, পীগনি, পীগনি, শোয়দনা পীগনি। ইশাগী আইডেন্দিতি পীগনি, পীগনি, পীগনি। শোয়দনা পীগনি।

নুপী : নশক তশেংনা তাকউ। [ভাবোক্না] পৃথিবীদা তশেংবা পোজিসন অদু তাকপা তাই। [নুপাদা] পৃথিবীদা নঙগী নফম কবিনো ? সমাজ অসিদা লৈফম করিনো ? নহাক কনানো ? নঙগী তোপতোম্না নগুণ করিনো ? সমাজ অসিদা নঙনা যাওবগী করি খুদমনো ?

[ নুপা অদু নুপী অদুদগী খরা চৎথোকই ; মতোমতা মথবায় য়াম্না নুংঙাইতনা লৈ। ]

নুপা : [ঙৈহাক তুমিন্না লৈবরবা মতু দা ]

ঐগী ইমিং করি কৌই ?

ঐ করি লোল লোল্লি ?

ঐগী ধর্ম্ম করিনো ?

ঐগী শাজৎ কবিনো ?

ঐগী রাখল মখন করম তৌই ?

ঐবু কনানো ? কনানো ঐবু ?

ঐ কনানো, ঐ কনানো, ঐ কনানো ?

[তুমিন্না ঙৈহাক লৈ]

অদুগা

ঐবু ঐ ওইরিবনে ?
ঐবু ঐ ওইরিব্রনে ?
ঐগী ইমিং করি কৌই ?

[ষ্টেজদা কোইচৎ চৎতুনা]

কবি কোই, করি কৌই, করি কৌই ?
ঐগী ইমিং করি কৌই ?
ঐনা ওইরিবসিগী করম করম্ব। মচাক্রা
তাক্লসিগে মাঙোন্দা ঐসিবু ?
রাহু অসি ঐ খনববু খল্লুদে ঙহানমখৈ।
খল্লুবদতা পুন্নমক মাঙগ্রে—
লোইনমক মাঙগ্রে—
ইশাগী ধর্ম্মস্তু লৈবমদ্রে।
ঐগী পারি পুরিস্থ কাউথোকাগ্র
ঐগী শাগৈ নাতৈস্ত নী শি দ্রে।
পৃথিবী অসিদা ঐগী ইফম করিনো ?
সমাজ অসিদা ঐনা য়াওবগী
করিনো খুদম ?

[ষ্টেজ মনীদগী মযামদা চংখংশকতুনা]

অমতা নীশিবা থোক্রে
নীংশিবা থোক্রে নীংশিবা থোক্রে
অমতা খঙদ্রে, অমতা খঙদ্রে।

[ডাউনষ্টেজগী ময়াযদা মুপাহু খুউখুদক কুম্থে, মুপীহুনা মুপাহুগী হেক মতুংদা মুপাহুদা মতুং ওন্থোকতুনা লেম্না।]

ঐগী ইমিং করি কৌই ?
ঐগী ইমিং করি কোবগে ?
ঐগী ইমিং ঐ নীশিংদ্রে

ঐগী ইমিং ঐ কাউথোকখ্রে।

তশেংনা কাউথোখ্রে

কাউথোকখ্রে ইমিং, কাউথোকখ্রে ইমিং।

[ভাবোকলোমদা]

হো লৈবাকমচাশা!

ত্তিনবিবিবা মন্দপ মপাং পুম্নমক!

ঐগী ইমিং কাউথোকখ্রে ঐ

ঐসে ঐ ওইদ্রে

[খ্বাইগী ওইরিবা মহৌশাগী ফিভমদগী হেন্দোকপা মশক অমা লৌরকতুনা মশা মউ অদু ক্রক ক্রক ফাজিন্দুনা।]

কনানোমা ওন্তোকখ্রে।

কনানো ঐনা ওল্লিবসিবু?

কনানো কনানো কনানো?

ঐনা ওল্লিবা মীশকসি কনানো?

ঐগী ইমিং অদুবু নীংশিংবিবা কনা কনা লৈবগে

কনা কনা যাওবিরিবগে

কনা কনানো লৈবাকমচাশা।

ঐগী ইমিং করি কৌবগে অমুক্তা তাকপিয়ু

ঐঙোন্দা। [নৌথডুনা]

কৈদৌবগে অমুক্তদি তাকপিয়ু কৈদৌবগে।

ঐসি কনানো?

ঐসিবো কনাগী মচানো?

কনাগী মচানো ঐবো?

কনাগী মচানো, কনাগী মচানো?

[মশা মউ প্রোক প্রোক থেকতুনা যাম্না রানা খাঙডি]

[মশাদা মশা হনজিন্দুনা ফাথরগা]

নত্তে, নত্তে, নত্তে,

নত্তে ঐ কনাস্মু নত্তে ,

ঐ মীনি, ঐ তাইবংমীনি

তাইবংমী ।

[মুপীদা]

ঐ কনাস্মু নত্তে মী, মীনি, তাইবং মীনি । ঐগী ধর্ম্ম তাইবং মীগী ধর্ম্মনি, ঐগী শাজৎ, তাইবং মীগী শাজৎনি , ঐগী থাখল, ঐগী থাঙাঙ পুন্নমক তাইবং মীগীনি । কনাগীস্মু নত্তে, তাইবংমীগীনি । ঐগী লৈফম্না মফমসিনি, যুমসিনি । মফম অসি, যুম অসি তাইবংমীগী লৈফমনি । ঐ যুম অসিগী মী অশেংবনি ।

মুপী : [ ভাবোকলোমদা তুং ওস্থোক্লা লেপতুনা অড়ুম লৈরগা ] মতু হাযরগা হেক্তা যাবা নত্তে। ঐগা লৈমিন্নবন্দুগী মশক নঙ মান্দে। অদুগা নঙবু মীনি হাযবস্মু ঐ খাজবা ঙমদ্রি ।

মুপা : ঐবো ?

মুপী : অং ।

মুপা : ঐসে মীনি হায়বদা নঙ য়ানীদে হাযবা ।

মুপী : যানীদ্রি ।

মুপা : ঐ অসি তাইবংমীনি হাযবদা নঙ চিংনরি ।

মুপী : অং ।

মুপা: অদুদি করি ?

মুপী : [মমাই ওস্থোরক্লগা] মিশাস্ত্রোপ । ওক্তোপশ । মিশাস্ত্রোপ । মীওইবা জাতিবু তুকচবা জীব মখল অমা।

[মুপাদুগী অকোয়বদা কোয়না কোয়না চৎতুনা]

কনানা খঙবা—মী মানবা শা মখল অমা ওইরম্বস্মু । মীগুম মখোঙ মখুৎ, মমিৎ মমাই, মনাতোন মশা মউ পান্নগা

তাইবংমীনি হায়না হেক্তা দাবি ভৌকস্থ য়াবা নত্তে। করম্না মীনি শোয়দ্রে হায়না লৌগনি। নঙ অসি করম্বা শা মখলনো হায়বদি খঙদে, অদুবু নখুৎ অদুনা করাদা শাংগ্রবা—হৱাই-মতোন মবোইশুম মৱী মৱী চৎনা কোনশিন্দুনা লৈরি—নঙগী নখুৎ অদুনা হৌবা ঙমদবা থবক লৈরোইদবোই নীংঙি। নঙগী নখুৎ অদুনা লাম্বা ফংদবা লৈরোইদবোই নীংঙি। অমুকস্থ নঙসি তম্নলাই মাল্লি। যুগ অসিগী তমনশাই।

মুপা: (শাউনা হৌগৎতুনা) নঙবু কনানো? অসুক য়াম্না তুক্কা থিরিবা নঙবু কনানো?

মুপী: হোজিক অমুক ঐগী ইশক।

মুপা: অং, নঙগী নশক নমিং

মুপী: ঐগী ইশক ইমিং। হন্না হন্না তাক্লবা ফাওবা খঙদ্রি?

মুপা: ঐগা যুমনিদা লৈমিন্নরম্বা মুপী অদু নঙ নত্তে, মাগা নঙগা বৈস্থ অমতা মান্দে। নহাকা যুমসিদা লৈরমলিবসি করম্ননো? নঙ শোযদনা মবক্তা লাকপা ওইরমগনি।

মুপী. (কোম্না) মত্তুদি কদাইদগীনো।

মুপা. যুমসিগী অশংবা মপুনি হায়বগী ১দি যুমসিদা নঙ যাওরি হায়বগী বরি খুদম লৈবগে? নঙগীস্থ প্রমাণ চপ চানা পীযু মরম চপ চানা পীযু। নঙবু ঐনা থাজদে।

মুপী: ঐগী মরম হায়ববু ঐনা লৈরম্লিবা অসিনি।

মুপা. হৌবদগী লৈবক্রব্রা?

মুপী: হৌবা হায়ববু অবোইবদা লৈবা নত্রা?

মুপা: খঙদে।

মুপী: ঐ ভাব তাদ্রে।

মুপা: ঐস্থ নঙবু মী মান্দে। লৌদ্রাউবীদুম মাল্লি। লৌদ্রাউবী। অদুগা অমুকস্থ নঙবু যেংনা য়েংনা নঙসি করম্বা জীবনো হায়বদু ঙকই।

[ মুপীডুগী অকোয়নদা কোয়না কোয়না লৈদুনা ]

নখয়াং অদুনা জগৎ অসি য়োৎশিনবা ঙমগদবগুম কয়াদা লাওথ্রে—চাবগী পেনবা নাইথ্রবা, হাপচিনবগী চন্দবা লৈত্রবগুম মওংনি। মতম পুম্নমক্তা নতৈ অতু হাহাহা তমদুনা চারগে চারগে হায়না লৈরে। মমাঙতৈগী মুপী মাস্রে, মমাঙতৈগী মুপী নত্তে—অনৌবা কিনীংঙাই শরুমনি, অনৌবা জীবনি, নৌনা খুন্দারবা য়ুগ অসিগী অনৌবা জীবনি।

মুপী: ঙাইখো! ( অমুম অমুম তপ্না তপ্না মৈ মমথরকই। )

মুপা: ঙাইখো?

মুপী: ঙাইখো!

মুপা: করিনো?

মুপী: করিনো?

মুপা: করিনো?

মুপী: লোইথ্রে।

মুপা: লোইথ্রে? পুমনোই লোইথ্রে?

মুপী: পুমনোই লোইথ্রে।

মুপা: ফরে। মতুনা ফরে।

মুপী: লোইনা লোইথ্রে, পুমনোই লোইথ্রে।

নুপা: ফরে। মদুনা হেন্না ফরে।

[অনীমক দারি শিংরিগী নাকন নাকন্দা খলাং খুৎতা থমদুনা থরায় নুংঙাইতনা ফমথৈ মৈ পুমম মমখি, পীক্লা মৈ মচা অনীথক নৈমাইদা কাপথলক্কুনা মমাই মপাদা ঙানহনলি।]

[ সেকেণ্ড ৩০ মুক তুমিন্না ইচিক চিক্লা লৈ। ]

নুপী: ( লেপখৎলগা হৈনীংনা ) হৌজিক অমুক নৌনা হৌবা তারি।

নুপা: অমুক নৌনা হৌবা তারিবা?

নুপী: অং। হৌজিক অমুক নৌনা হৌবা ঙাই।

নুপা : [লেপখৎতুনা] অদুদি হৌরসিদনা।

নুপী : হৌরসি।

নুপা : হৌবসি।

নুপী হৌরসি।

নুপা : হৌরসি।

[নুপাগা নুপীগা ত্রাইহৈশিংসি হায়না হায়না য়াম্না হৈনৌংনা মপা ইঙাও ঙাওনা ষ্টেজ শীন থুংনা কোইচেল চেনলি। মৈ ঙাম্থোরকই]

নুপী : [খাম্বগী মঙংদা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা লেপ্পগা] ঙাইখো!

[নুপীতুনা লেপতুনা শৈগ্রবস্থ নুপাদুনা 'হৌরসি হৌরসি' হায়দুনা কোইচেল চেল্লি, শোম্না শোম্না চোকথদুনা লৈমাইদা পত্রাক্ লাউনা তুথখি।]

নুপী : [তুরিবা নুপাদুগী মথক্তা কান্দুনা চৎপ্রগা থোঙ মনুংদা চঙখি। ইমুংদগী থোরক্লগা দাব্রিদা লেপ্পগা মখুৎ তিংথোক্তুনা] সে। [নুপাদু তাদে।] সে। [নুপাদু তাদে। নপী অদুনা য়াম্ন। হৌনা, য়ারবদি ষ্টেজ অদু থক থক নীকহনবা লাউরকই] সে। মসি নঙ মানবা য়েঙু।

নুপা : করিনো?

নুপী ফোটো।

নুপা : কনাগীনো?

নুপী ঐগা লৈমিন্নরম্বা নুপা!

নুপা : [হৌগৎতুনা চঙশিনখি। য়াম্না যেংনীংনা তাপ লোতুনা যেংভি। যাম্না হয়াউনা অঙাংগুম চোংতুনা] মসিদি ঐনি। মসিদি ঐনি। শোইদ্রে ঐনি, মসি ঐগী ফোটোনি।

নুপী নত্তে, নঙ নত্তে। মসি নঙ সুংনৎ নৎতে।

নুপা : মসিবো?

নুপী : অং।

নুপা : কয়ম্না?

নুপী করম্না ওইরিবা?

নুপা : [অঙাং মচাগুম।] মাম্নি, তো মাম্নি। মসিগী ঐগা কৈস্থ খেন্নদে। মসি ঐনি, ঐনি তো।

নুপী : [ ফোটো ফং লাউনা মুনলগা ] নত্তে, নঙগী ফোটো নত্তে, মসি নঙ স্তুংনং নত্তে। মসিদা লৈরিবা শক অসিগা নঙগী নশক্কা কৈস্লু মান্নদে। য়াম্না খেন্নৈ। ঐ মিৎ তাংদ্রি।

নুপা : সিদদি নঙ অসি য়াম্না আর্টিফিসিয়েল ওইদ্রে।

নুপী সিদদি নঙ অসি য়াম্না হিপোক্রিটিকেল ওইদ্রে।

নুপা : হোই হৌজিক কালসিদি মীশিংসি হিপোক্রিটিকেল য়াম্না ওইনখৎলক্রে।

নুপী : চুম্মী, হৌজিক কালসিদি মীশিংসি আর্টিফিসিয়েল য়াম্না ওইনখৎলক্রে।

নুপা কৈ, অতুদি।

[কোটকী ফুরিংখাউদগী ফোটো কোপী অমা ফং লোথোক্লগা নুপীতুদা পী]

সে।

[ মতমসিদা নুপীতুনা মানা পুখোক্লকপা ফোটোতু অতুম য়েংদুনা লৈ, নুপীতুনা হায়রিবতু খোশাকদে।]

সে।

[ নুপী তাদে। ]

[ য়াম্না হৌনা লাউখৎলকই ] সে।

[ নুপীতুনা থোইশা শাদনা ফোটোতু নুপাতুদগী লৌরগা য়েংদনা পাযশিল্লগা মাগী হান্নগী ফোটোতু য়েংদুনা লৈ। ]

[ শাউনা ] মতু য়েংঙু, নঙ মানব্রা য়েংঙু।

নুপী . কনাগীনো?

নুপা : ঐগা লৈমিন্নরম্বা নুপীতুগী ফোটো। নঙবু মতু মানব্রা য়েংঙু।

নুপী: [ ভাব ইতা তাদনা ] করিব্বো।

নুপা : (শাউনা) ফোটো!

নুপী ( য়েংঙি, অদুদগী হন্নাওনা ) হৈমা সিদি ঐগী ফোটোনি। নঙদি কদাইদগী লৌকই সিদি? ঐগী ফোটোসিদি কদাইদগী লৌরুবনো?

নুপা : ( ঙক্না ) সিবু নঙগী ফোটো?

নুপী : অং ঐগী ফোটোনি।

নুপা : ( নুপীদুনা য়েংলিবা ফোটো অদু খংনুন মুনলগা ) মসি নঙগী ফোটো নত্তে, নঙগী নশক্না মসিগা শুকমান মান্নদে।

নুপী ঐগী মিত্তদি কৈন্থু থেন্নদে। চপ মান্ন।

নুপা : হৌজিক্তি নঙ পুকচেল য়াম্না শেংদ্রে।

নুপী : হৌজিক্তি নঙ যাম্না মিশান্ত্রোপিক ওইরে।

নুপা : হোয হৌজিক্তি মীশিংসি পুকচেল যাম্না শেংনদ্রে।

নুপী : হোয, হৌজিক্তি মীশিংসি য়াম্না মিশান্ত্রোপিক ওইনরে। [ তুমিন লৈ ]

নুপা : কদাইদা লানখ্রে?

নুপী : কদাইদা লানখ্রে?

নুপা : কদাইদা লানখ্রে?

( অনীমক অমগা অমগা যে নৈ, অদুদগী মানা পাযবিবা ফোটোদা য়ে না য়েংনা ঙাঙনৈ )

নুপী : }
নুপা : } অমদি শোযদনা লানলে।

নুপা : শোযদ্রে লাল্লে। মসি লাল্লে।

নুপী : মসি লাল্লে।

নুপা : মসি লাল্লে।

নুপী : মসি লাল্লে।

নুপা : কদাইদনো?

নুপী কদাইদনো?

নুপা লাল্লিবসি কদাইদনো?

নুপী লাল্লিয়সি কদাইদনো?

( মসি ঙাঙলিনৈদা নুপাগা নুপীগা থৈনা থৈনদুনা চৎনৈ। নৈহাক অসুম্না চৎনরবা মতুংদা নুপাদুনা ডাউন ষ্টেজগী যেৎতা অদুগা নুপীদুনা ডাউন ষ্টেজগী

নুপা : মিৎনরা ?
নুপী : পোৎনরা ?
নুপা : মিৎনবা ?
নুপী : মিৎনরা ?
নুপা : পোৎনরা ?
নুপী : পোৎনরা ?
নুপা : পোৎনরা ?
নুপী : অমদি লাল্লে।
নুপা : অমদি লাল্লে।
নুপী : অমদি লাল্লে।
নুপা অমদি লাল্লে।

ওযদা চৎথোক্লরগা ভাবোক-লোমদা থোরক্লগা খুউ খুদক কুন্দুনা মুকম মুকম শোম্না তৌকম খঙদবা উৎতুনা মক লুকথৈ।)

নুপী : } নুপা : } তৌবিবা পুন্নমক অসিদা অবানবা অমদি যাওরে।

নুপী (মঙক নোমজুনা) শোয়ব্রে।

নুপা : (কৌগৎতুনা) মিৎনা লাম্নিঙাই যাম্না লৈখ্রে। মিৎনা যাম্না লানথ্রে। মিৎনা লানবদগী পৃথ্বি অসিদা জাৎ জাৎ তৌখ্রে। মীবু মী ওইনা উখিদ্রে। অঙৌবনি, অঙাঙবনি, অশংবনি, অমুবনি কায়না হেক পোকপদগী উরক্লিবা মচু অসি তশে বা অঙৌবা, অঙাঙবা, তশেংবা অমুবা অদুরা চি ননী ঙাইনি। পৃথ্বিদা লৈরিবা মী পুন্নমক্লা লাননা উবা ওইরম্নবদি করম তৌনি।

নুপী : ঙসি ফাওবদা ঐখোয়না পোকপদগী উরক্লিবা অমুবা অসি অমুবা নত্তে, অঙাঙবনি কাযনা কনানসু য়াকৎনদ্রি। অদুগা ঐখোয়না পোকপদগী উরক্লিবা অমুবসিবু অঙাঙবা ওইনা উবা য়াওরক্লবসু উরক্লিবা মহাক্লা লানবা ওইগদ্রা, মাগা মাম্নদনা উরিবা ঐখোয়না লানগদ্রা ? মসিবু কনানা বিচার তৌবিগদৌরিবনো ?

নুপা : খঙদ্রে, খঙদ্রে, খঙদ্রে—
অওইবা অশেংবা
তশেং তশেংবদুদি
খঙবা ঙম্নরোই।
ঙম্নরোই ঙম্নরোই ঙম্নরোই
খঙবা শুংশঙ খঙলরোই।
খঙবা হায়বসি ওইথোক্কবা পোৎলমি।

[ দাম্নিদা চেনশিন্দুনা দাবিদা লেপখৎতুনা মখুৎ খুতুম শিংদুনা ]

অদু ওইরবসু
ঐ হিংলি
ঐ লৈরি।
মসিদি ঐ খঙলি
মসিমদি তশেংবনি।

নুপী : নঙ হিংলি?
নঙ লৈরি?
করম্না কায়গদৌরিবনো নঙ হিংলি কায়না?
নঙনা হিংবগী খুদম করিনো?
লৈবগী খুদম করিনো?
নঙনা ওইরিবা নঙগী খুদম করিনো?
ঐবু নঙনা খঙদ্রে
নঙবু ঐনা খঙদ্রে
মহৈ মহৈ অমনা অমবু খঙনদ্রবদা।
হিংবগী খুদম করিনো?
লৈবগী খুদম করিনো?

নুপা : অমা খঙদে, অমা খঙদে
ঐ হিংলি, ঐ লৈরি

ঐগী থবাক্তা লেপ্তনা স্বব হোল্লি
খুদাংদা মিত্নন কায়দনা হুল্লি।

[ মুপীদু ইমুংদা ফৎ চঙখি ]

( মুপীদা ) কদাইদনো ঙাইখো।

[ মুপাদুনা হায়জরিবদু, মুপীদুনা থোঙ মমুংদা ভাদনা চঙখি, থুনা অমুক মুপীদু থোরকই, দারিদা লেপ্পগা ফি মযোম অমা মুপাদুগী মমাঙদা লংথরকই ]

নুপী : ( খুদোনবী থিন্দুনা ) খঙব্রা য়েংঙু।

(মুপাদু ময়োম অদু ফাক্তোক শেংোক্তুনা য়েংঙি)

নুপা : ( হরাউনা ) খঙঙি, মসি ঐনা লিৎলম্বা কোটতুনি, ( কোট, খোংগ্রাউনচিংবদু অমমমতা পাযখৎতুনা ) মসিমস্থ ঐনা উপ্লম্বা খোঙগ্রাউদুমক্নি। শোয়দ্রে, লোইনমক মান্নি, চুম্নবে। অমতা শোযনদ্রে। ( মুপীদুদা ) ইমুংদা অমুক্তা চঙদুনা ফিরোলসি শেৎচিল্লুবা য়াগদ্রা ?

মুপী : ইমুংদা চঙবদি শুংয়া য়ারোই। ফিশিং অসি শেৎচিনগে কায়রবস্থ মকম অসিদা শেৎচিনবা তাই। ইমুংদা চঙবগী রাদি শুংয়া য়াদে। লোইগদবা খজিক্তা মঙায়রে। পুমলোই লোইরগনি।

[ ত্রিয়েংগুলারগী মকমদা মুপাদু থুনা চঙশিন্দুনা খোংগ্রাউ অমদি কোটতু উপশিন লিৎশিনলগা য়াম্না হরাউনা মোমোন নোক্না থোরকই অদুগা মুপীদুনা মুপানা শেৎলিবা ফিবোলদুদা ঙক্না য়েংদুনা তুমিন লৈ। মুপাদু মশাদা শেৎলিবদুদা য়েংথৈ। ]

[ কোট অমদি খোংগ্রাউদু য়াম্না কা হেন্না চাউরম্বা ইকোম কোম্বদু থেংনৈ ]

মুপা : [ঙয়া] লোইনা ইকোম কোম্নবা। অমত্তস্থ চাদ্রবা। ঐনা শেৎলম্বা ফুরিৎ খোংগ্রাউ লোইনা চাউথোক্লম্নবা অদুগা ঐনা পীকশিনখ্রবা। ঐ পীকশনখ্রে, ঐ পীশক পীকশনখ্রে, ঐগী ইফি ইরোল পুম্নমক ইচাউ চাউথোকলম্নে। ইচাউ চাউ থোক্লম্নে। মসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে? ওইথোকপা যাব্রনে? নত্তে, নত্তে, মসি ওইথোকপা য়াবা নত্তে, মসি ওইথোক্তে, মসিদি মঙদদা থোক্কদবনি।

ঐগী শেৎনবা ইফি ইরোল লৈরমদ্রে
ঐগী ইফিজেৎ। ঐগী ইফিজেৎ।

[শোকথৈ]

মুপী : [খোঙকাপ লাওনা কান্দুনা দারিদা কাখৎথ্রগা দাবি মথক্তা লেপ্তুনা খুদোনবি থিন্দুনা]
হৌজিক পুমলোই লোইরে, চৎথনীংঙাই লৈত্রে।
ঐ নঙবু খঙদ্রে।
নঙগী হিংবগী খুদম লৈত্রে।

[মুপীদু খোঙ হাংদোক্তুনা খোঙ মন্নুংদা চঙখি]

[ফনা কুইনা তুমিল্লা লৈ।]

মুপা : লোইরে, লোইরে শান্নবা পুমলোই লোইরে
পুন্নমক পুমলোই লোইরে
মখা অমুক তানীংঙাই লৈত্রে।
ঐগী হিংবগী খুদম করিনো?
ঐগী হিংবগী খুদম।
ঐগী হিংবগী খুদম মাঙখ্রে
ঐবু ইশক খঙবিদ্রে
পৃথ্বি অসিদা শক তাকচবা ঙমদ্রে
ঐগী লৈফম লৈত্রে।

ইয়ুমদা হনলকপদা
ঐগী ইয়ুমদা লৈরম্বা
মুপীনা ঐবু শকখঙবিদ্রে
ঐবু তরাম তরাম ওকপিদ্রে
ইয়ুম কাওবদা ঐবু চঙহনবিদ্রে ;
ঐ মাঙখ্রে, ঐ মাঙখ্রে
ঐ নত্তবা অমা ওম্বোকখ্রে।
কনানস্থ ঐবু শকখঙবিদ্রে।
ঐ মীতোপনি, মীতোপ।

[ তুমিন লৈ। ]

নত্তে, নত্তে, নত্তে
মসি য়াদে মসি যাদে
সুংয়া য়াদে
ঐদি ঐ ওইগদবনি
ঐ কনাস্থ ওনবা ঙমলোই
ঐদি ঐ ওইগনি।
ঐগী খোঙগ্রাউ ঐগী কোট
চাউথোক্কে, চাউথোক্কে, কৈস্থ চাউথোক্কে,
ঐস্থ পীকশন্দে, ঐস্থ পীকশন্দে, পীকশন্দ।
ঐগী খোংগ্রাউ, ঐগী কোট
যাদে য়াদে চাউথোকপা য়াদে।
মসি ভাবনি, মসি ভাবনি
মসি অশেংবা নত্তে অশেংবা নত্তে
মসি মিৎননি,
মিৎননি, মিৎননি, মিৎননি।
ওইরিবা ফিভম অসি লাল্লি
ফিভম অসি চুমদে
ফিভম অসি য়াদে

মসি যাদে, মসি য়াদে।

[ মশা মউ প্রোক প্রোক থেক্লা মুংদা লাম্ফেং-
নবদু মপান্দা ফোঙদোরকই ]

[ ইংথনা ]

অদুবু,
ফিভম অসিদা
ঐবু ইশক্ খঙবিবা
কনাসু লৈত্রে,
ঐগী অশেংবা ফিভমসি খঙবিবা
কনাসু লৈত্রে ।
কৌজিক্তি ইতোমতা ঙায়রে
ইতোমতা,
মক্ষম অসিদা কনাসু লৈত্রে
হাঙলবা জগৎ অসিদা
কনাসু লৈত্রে
ঐ নত্তনা।
ফিভম অসিদা ঐহাক নাইতোম তারে।

[ তুামন্না লৈ ]

অদুবু
সিদা অসুম্বক লোইরগদ্রা ?
ফিভম অসিদা লোইবা চুমদে
মসিদা লোইবা য়ারোই।
সুংয়া য়ারোই।
মথা চথখিনি
চৎকদবা লম্বীসি য়াম্না শাংলি
মসিদা লোইবা যারোই
য়ারোই য়ারোই।

( মশা মমুংদা কম্না লালথেংনবদগী মশা
চোকথরক্তুনা তপ্না তপ্না মখোঙ মখুৎ শৎ
তিংথোক্তুনা লোংনা তপ্না তপ্না হাইথখি।)

স্ক্রিন হাইজিনলকই।

## ৱা থৱা

শ্রীশ্যাম শর্ম্মনা তাং ৪। ৫। ৭২ ইংদা পুথোকখিবা লীলাগী ষ্টেজ ডিজাইনগা খবা খেন্নবা অনম্বা অসিদা পুথোকচরে। শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী লীলাদা অপষ্টেজগী ময়ায়দা অদুগা ডাউনষ্টেজগী ওয় য়েৎতা খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মগী অলটার অমমম শাদুনা থম্নগা লীশা শাম্মি। মদুগী মহুত্তা ঐনা লীশা অসি মোংফমগী লৈতোং অহুম শেন্নগা লীশা অসি শাম্মি। কঁরিগীনো হায়রবদি মুন্নরিবা মফম অসি মোংফম ওইহনবসি ঐনা পামজৈ অদুনমি। শ্রীশ্যাম শর্ম্মগী লীলা যেংবিখিবা ভাবোক্না চমম্ন-বীদনবা শেংদোকচরি। লীলা অসি অহানবা ওইন ইবা লীলাগা শান্নখিবা অমদি অনম্বা লীলা অসিগা খন্না খেম্মি। শান্নবদা মু ঙাইনবা শ্রীশ্যাম শর্ম্মা অমসুং শ্রীলোকেন্দ্র সিংহ অনীগা তান্নদুনা খন্না ককথোক ককশিন তৌখ্রে। মসিমক্না লীলাগী মপু্দা অহোংবা অমা ওইহনবদি নত্তে। চুম্নতনী শাংলম্বদগী তেনশিনবা শৈরেংগী মথঙ মনাও খন্না হোংদোকপদনি। অদুগা পুথোকখিবা লীলাদা শ্রীশ্যাম শর্ম্মদা ডিরেক্সনগী নীংতম্বা পীদুনা মাগী কল্পনাগী মূর্ত্তি অমা পুথোকখি। ডিরেক্তরগী কল্পনাগী মূর্ত্তি অদুগা ঐগী কবিতাগী কল্পনাগা কা হেন্না চানদবদি ওইখিদে। ভাবোক্না মথল মথলদা অর্থদুম হন্নখি।

শ্রীবীরেন

তাং ৪।৫।৭২ ইং শগোলশেল নুমিত্তা জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমী, ইম্ফালদা রূপ বাগনা শাম্নখি।

ডিরেক্তর—শ্রীঅরিবম শ্যাম শর্ম্মা
অহানবা মী—শ্রীঅরাম্বম লোকেন্দ্র সিংহ
অনীশুবা মী—শ্রীলালা শর্ম্মা

## লীলাদা চঙবা মী

১বা মী : অককবা চহী লৈতে। মমাযদু ক্ল্যাটনি, এক্সপ্রেশন য়াওদে। মপুক্লিং মনুংদা খল্লিবা রাখল অদু মমায়দা মমি শুংতা তাহল্লোই।

২বা মী : অককবা চহী লৈতে। অকক্লবা শাবান লৈতে। মমায়দু যাম্না সেন্সিতিভ ওইবা মায়তানি, মপুক্লিং মনুংদা খল্লিবা রাখল অদু মমাযদা হেক হেক ফোঙদোরকই। যাম্না তোয়না হোবা নাই।

য়েংবিগদবা : মী অনী অসি মী অমতনি হায়না লৌবা যায, অদুবু খেন্নবদি লৈ। খেন্নবদি অমনা গ্রিশ তৈরবা ফিনি, অতোপ্পনা মচু শংদ্রিবা অঙৌবা মচুগী ফিনি। মী অনী অসি শাগদবা এক্সরশিং খনবদা মখল অনীদা হোৎনবা যায়। অহানবদা, শাবান মান্নবা কুচু মান্নব, যারবদি মশক ফাওবা মান্নবা মী অনীনা শাবা য়াব। নত্রগা, অনীশুবদা, যাম্না শাথীনা খেন্নবা মী অনীনা শাবা য়ায়। অহানবা মী অসি যাম্না পীকপা মশা যাম্না ফত্তবা মীনা শারগা, অনীশুবা মী অসিনা যাম্না রা চাউবা, মশা মউ যাম্না ফবা মীনা শাবা যায়। অস্তুম্না তোগে হায়-রবদি মী অনী অসি অদুক্কী মতিক খেন্নবগা অদুক্কী মতিক ফজবা হেনগনি নীংঙি।

# লীলা পুথোকপগী মওং

লীলা পুথোকপগী মওংদি ডিরেক্তরদা শিন্নবি। অদুমকপু লীলা ইবগী মুংগী মিৎনা উবা কবিতাগী কল্পনাগা ডিরেক্তবগী মুংগী মিৎনা উবা কবিতাগী কল্পনাগা উনকুবা ওয়বা লীলা অসি পুথোকবা লম্বী অনীথক্ত যাৎলি। অহানবদা, চুম্নগী অযুক মুংথিল থেংনরিবা মীযাম অসিদগী কা হেজিন্না মঙ-হাগী ফল পীবা ফেণ্টাসিগী শকক যান্না যাওনা খ্বাইগী মী অসি মান্দবা কা হেজিনবা মেকঅপ তৌদুনা মীসু খরা মানবা মানস্ত মান্দবা মওংদা সরবিযেলিজমদা পুথোকপা যায। অনীশুবদা, মুংগী পুন্সি অদু পুথোক্লবা লাকদুনা যেণ্টাসিগী শকক য়াওহন্দনা সাইকোলোজিকেল ওইনা রিযেল্লিজমদা শান্নবস্ত য়ায।

ঐনা লীলা পুথোকপগী লম্বী অনী অসি যাৎচববস্ত লীলা অসিবু ডিরেক্সন পীবিগদবা ইবুংঙো ইবেম্মনা পাম্বীবা হেন্না ফজগদবা মওং ফংবিনবা ১দি মুংগী জগৎ অদুবু য়ৌনা চঙশিনবা ওয়বা হোৎনবিনবা নীংতম্বা পুম্বা পীজরি।

মফম—মোংফম। মতম—অকক্লবা মতম লৈতে।

ইহাঙ হাঙবা চাউরবা ষ্টেজনি, ডাউনষ্টেজগী ওয়থংবা য়েৎথংবদা মোংফমগী তোংখৎপা লৈতোং অনী লৈ। অপষ্টেজগী মযায়দা মোংফমগী তোংখৎপা লৈতোং অমা লৈ। ডাউনষ্টেজগী লৈতোংনা ব্লাংবা চাউবা হেল্লি। অতৈদি পূম্নমক ইহাঙ হাঙডি।

স্বৃন হাইদোরবপদা ষ্টেজ মনুং অসি পুমম মম্মী। অপ্‌ষ্টেজগী মযাযদা লৈবিবা লৈতোংদা অনীশুবা মী শিন্থনা লৈবন্থ উনবা পীক্লবা মৈ অমম্বা কাপ্পী। অনীশুবা মীগী মখোঙ মপাদা অহানবা মীনা খুবমন্থনা লৈ, অহানবা মীনা বা ঙাঙবা হৌবদা মৈ তপা তপ্না ঙানখৎলক্কনি।

১বা মী [ হৌগৎলক্লগা মখুৎ থাংগৎতুনা ]

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[ নাকন অমদা চৎলগা অমুক মখুৎ থাংগৎতুনা ]

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো
হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো।

[ অমুক নাকন অমদা চৎথোক্লগা ফিগাও শান্থনা ]

হে থব্রায় মঙামক
মিগা থানা তকুকমক
কু কু কু কু কু
হে থব্রায মঙামক
মিগা থানা তকুকমক
হল্লকখো ও হল্লকখো
হল্লকখো ও হল্লকখো।

[ তুমিন লৈ। ]

অসুম্না হায়নীংঙাই লৈতনা চয়েৎনরিবা মরক অসিদা অমুক্তা হেন্না চযেৎনহন্দুনা করিস্থু লৈত্রবা সূন্যগী লমদমসিদা ঐনা করিগুম্না খরা শকপান্নবা কন্না হোৎনরি। অশিবসি হিংগৎ-লকখিনি হাযনা কন্না থাজরি। অদুবু মসিদি

সূন্যনি সূন্যনি

মসিদি সূন্যনি সূন্য।

সূন্যনি সূন্যনি মক্ষম পুন্নমক্তা সূন্যনি।

[ মপূকিং নুংশিনা ]

হিংগৎলকখো যাদ্রে, চৎখ্রে হল্লকখো যাদ্রে। লৈরক্লবা মতমসিদা লৈরমদ্রে।

[ অনীশুবা মীদা চঙশিন্দুনা মখুৎ থাঙ্গৎতুনা ]

নঙ শিখিবা যাদ্রি

নঙ শিখিবা যাদ্রি

নঙ শিখিবা যাদ্রি

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো

হিংগৎলকখো—ও হিংগৎলকখো

হিংগৎলকখো—ও বিংগৎলকখো।

[ ঘোর হন্থনা মপূকিং নু শিনা ]

নঙ যাদ্রেদনা। হিংগৎলকত্রে হাযবা। নঙ হিংগৎলকউ হায়বা যাদ্রে হাযবা। নঙ হিংগৎলকউ হাযবা যাদ্রে। নঙনা তৌবিসিনদি নঙ হিংগৎলক্লরোই হায়রেনে।

১ [ শাউনা কোইচৎ চৎতুনা ] ফরে, ফরে। [হন্থরক্লুনা] ফাগি নত্তে, নঙ অমুক্তা হিংগৎলকখো কৈদোবগে। (হাযজ নোঞ্জ-তুনা ) ঐ নঙোন্দা লানথ্রে, ঐবু অমুক্তা ঙাকপিযু, নঙ হিংগৎ-লকখো, ঐখোয় অনী হান্নগুম মকপ অমুক্তা ওইমিন্নখিসি,

হায়গুম তিন্নখিসি, (রাবৌনা) যাদ্রেনে যাদ্রে হায়বা। ঐ নঙোন্দা অমুক হন্না হাযররোই হায়রিবসিনা অরোইবনি। (নৌথডুনা) চুম্মী, চুম্মী চুম্মীদা। নঙনা হাযরিবদু অচুম্বনি। নঙবু ঐনা হাৎতোক্লুরবা মতুং অসিদদি ঐ যাম্না মুংঙাইরক্রে। হৌজিক্তি ইতোমতা ঙাযরে, রারী শাফম লৈত্রে লৈমিন্ননবা মী লৈত্রে, চামিন থকমিন্ননবা, নোকমিন্ন নবা, ফমমিন্ননবা মী অমত্তা লৈত্রে, ইতোমতা মঙাইরে। হৌজিক্তি কা অসি অকিবা ফংনা চাউথোরক্লে, ইবান্নি লৈমিন্নবিঙৈ লৈমিন্ননবা মী য়াম্না লৈরিঙৈদদি কা অসি পীশক পীশক পীক্লম্মী। নঙনা চৎখিডুনা ইতোমতা ঙাযরকালসিদা কা অসি অসুম অসুম পংচাউদা চাউ-থোরক্লে। হৌজিক্তি চাউবনা মতামা তৌরে। অকিবা ফংনা চাউথোবক্লে। ইতোমতা ঙাযরবা মতমসিদদি ঐ যাম্না কিরে। কিবনা সব চাউনা হোনবা ঙমদ্রে। ইতোমতা ঙাযবগী কিবা, নাইতোম তাবগী কিবা, মঙলম্বা মঙ কাযথরকপগী কিবা। অকিবনা ইকোয কোযশিনখ্রে। অকিবনা পীক থনখ্রে।

[ মৈ মমখি। ডাউন হৈজঙগী য়েৎ থৎবদা লৈতোং মথক্তা অনীশুবা মী লেপখৎলি, মখোয অনীনা পুন্না নোক্লকপা মতমদা মৈ ঙাম্থোরকই ]

২ বা মী }<br>১ বা মী } (নোকমিনৈ)

২বা মী : মখোয়না অতুন্নসু হাযরিবোইরেকো। ( নোকই )

১বা মী : হায়রিবনি। হৌজিক্তি মখোয লোইনা তাম্থোকপিরে ঐখোয় অনী চঙডুনা। লম অসি, কা অসি ঐখোয অনীগীতা ওইহৌরে।

২বা মী : ঐখোয অনীগী। ঐখোয অনীগীতা ওইহৌরে।

১বা মী : ( হরাওনা ) হৌজিক্তি ঐখোয় অনীনা পাম্বা মওংদা শেম্বা য়ারে।

২ বা মী : ( হয়াওনা ) শেম্মসি।

১ বা মী : শেম্মসি শেম্মসি।

২ বা মী : শেম্মসি শেম্মসি।

১ বা মী : মুংঙাইরে, মুংঙাইরে।

২ বা মী মুংঙাইরে, মুংঙাইরে।

[ অনীমক লৈতোংদগী কুমথবক্লগা চোং চোংদুনা হয়াউনা জগোই শাই ]

১ বা মী }
২ বা মী } ( জগোই শানা শানা ) খুয়া তুশিৎলে, খুযা তুশিৎলে

খুয়া তুশিৎলে।

[ ঙৈহাক জ্ঞান মেন তাদনা জগোই শাবম্লগা বাবদুনা মাগী মাগী লৈতোংদা চঙশিন্দুনা ফম্লখি। ]

২বা মী : মখোয়না যেৎপদো যেৎখ্রেদা।

১বা মী : যেৎখ্রে। ওন্থোকা যেৎখ্রে। করিমতা হেক তৌবা যাদবনি। হা ফৈগা ফত্তেগা, করিগী তৌগদৌরিবনো, করিগী তৌরোইদৌরিবনো, য়াইগা যাদেগা, তৌকম থোকইগা থোক-তেগা মথৌমক হেক ওইবমখৈ য়েৎপনি।

২বা মী : মথৌমক হেক ওইবমখৈ যেৎপনি। মদুগী খল্লুরবদি মখোয়দা ঐখোযনা তৌখিবন্থতনা পেন্দে।

১বা মী : পেন্দে, পেন্দে।

২বা মী : মখোযসু চৎলোইদবগী ওখাক হোৎনৈ।

১বা মী : হোৎনৈ ওখাক হোৎনৈ। ঐখোয় অনীবু তাম্থোক্লবা মখোযসু ঙম্বমখৈ হোৎনবনি। ঐখোয়সু অরোইবা ওইনা ঙাকথোক্লবা লাম্থেংনবনি।

২বা মী : ঐখোইসু অরোইবা ওইনা হোৎনবনি। মখোয়না ঐখোয়বু অমুক মী নত্তে, মীনা চৎকদবা লমচৎ নত্তেগা হায়রিপোৎনি।

১বা মী : মখোয়না ঐখোয়বু অমুক মী নত্তে, মীনা চৎকদবা লমচৎ নত্তেকা হায়রিপোৎনি।

২বা মী : হাযবিপোৎনি। হাযনীংবমখৈ হায়জৌ হাযরিবসিনি।

১বা মী : [খংশাউ শাউদুনা] ঐখোয়সি মী নত্রবদি মপা কনানো মী ওইরিদি ?

২বা মী [ফম্বা] ঐখোযনা মখোযদা তৌগ্রিবদু পংমুং মু‚ঙাইবা পোৎপ্‚দি নত্তে। ঐখোযস্থ প‚ক ফবা নত্তজাৎনিদা।

১বা মী : (শাউনা) করিগী ফৎ্লোইদৌরিবনো ? ঐখোয অনীনা রানা শাগৎচরবা ইযুম অসি মখোযনা ইল্লাই লাইনা মরক্তা লাক্লগা মখোয়গী ওইরগে, ঐখোয অনীবু হেক্তা তাম্তোক্তে হায়রবদি ঐখোযস্থ ঐখোযনা ঙম্বা তৌবা ময়েক্লা তাবনি। ঐখোয় য়াম্না ফরিবনি, ঐখোয় ফত্তে লাক্তেগা হায়বা যাবা নত্তে, যাম্না ফরিপোৎনি। মসি ঐখোযগীনি ঐখোয়গী। ঐখোযনা তৌরিবসি মীগী চপ চাবা মওংনি। ঐখোয়সে মীনি।

২বা মী : খঙদ্রেনে মীওইবগী মতৌনা কমদৌবা।

১বা মী : কৈস্থ তৌদে, ঐখোযনা তৌরিবস্থমহায়না তৌই। মাই-থীরকালদা ঙমখ্রিবা কা‚বুদুগী দোয পুথোক্লনা চৈ থাংলগা মশাবু থেমজিনজবা ঙম্মী। কৈস্থ খন্ননী‚ঙাই লৈতে। হৌজিক।

২বা মী ঐনা খল্লিবদি ঐখোযনা মখোয়দা তৌথিবা মতৌদুনি।

১বা মী : (শাউনা) ঐখোযনা মখোয়দা তৌখিবা মতৌ। ঐখোযনা মখোযদা কৈ তৌখ্রবা ? কৈস্থ তৌখিদেনা। (ঙাইহাক তুমিন লৈ) মখোযনা ঐখোয়দা তৌখিদুদি ? কমদৌববা মদুনা ? কমদৌরবা ? (ঙাইহাক লেপ্পী) অঙম তান্নবগী লানফমদা তৌরিবা পুন্নমক ফত্তবা অমতা নত্তে। মখোযনা ঐখোয়না ফুখিবদুস্থ অরোয়বা খুৎফুনি, ঐখোয়না মখোয়বু

ঙাকথোকখিবদুস্থ অবোম্নবা চৈঙাকনি। (পোঙনা) অরোযবদা ঐখোয়নীনা চম্বগী ব্রাদনি। হৌজিক্তি খন্ননী'ঙাই ব্রাখল কৈস্থু অমতা লৈতে।

২ বা মী: হৌজিক্তি খন্ননীংঙাই ব্রাখল কৈস্থু অমতা লৈতে।

১ বা মী: কৈস্থ অমতা লৈতে।

( ময়াযদা থোরক্লুনা ভাবোক্তা )

মস্থুম্না হৌরকই ইবানিগী ব্রাব্রী। মফম অসিদা মী যাম্না ঐখোয়গা লোইননা লৈমিন্নরম্মী। মখোয পুন্নমক মরক্তা লাকপা মীমক্তনি। অদুদগী মফম অসিবু ঐখোয় মযাম চঙদুনা মহৈ মহৈ মুন্নখি। ঐখোয অনীনা মখোয়না খঙদবা উপায় অমা শিজিন্নদুনা মখোযবু তান্থোকখি। যামা য়েৎন-ববা, যাম্না মুকববা তুংদা ঐখোয অনীনা মখোযবু ঙমদুনা মখোয মফম অসি থাদোক্লুনা চৎখি। মস্থুম্না মফম অসি ইবানিগীতা ওইহৌই। ইবানিতা ঙাযববা মতুংসিদা ইবানি তৎনা থানবা লৈতন। লৈমিন্নবকই। মসিনি মরূপ অনীগী ব্রাব্রী। ব্রাবী অসি লোইদ্রি। হৌজিক খন্ননী ঙাই কৈস্থু অমতা লৈত্রে।। কৈস্থু অমতা লৈত্রে।

[ মৈ মমথখি, ডাউন ষ্টেজগী লৈতো দা চঙশিন্দ্না লৈতোংদা মখোয় অনীমক কাখৎতুনা লেপখৎলি, মৈ ঙান্থোরকই। ]

২বা মী: ঙসিসি করি মুমিৎনো?

১বা মী: খঙদে।

২বা মী ঙসিসি কবি মুমিৎনো?

১বা মী: ঙসিসি করি নুমিৎনো?

২বা মী: ঙসিসি করি মুমিৎনো?

১বা মী ঙসি শগোলশেলনি।

২বা মী: হেরা!

১বা মী: শগোলশেলনি।

২বা মী: হেরা।

১বা মী: ইরাই।

২বা মী: হেরা।

১বা মী: লৈবাকপোকপা।

২বা মী· হেরা।

১বা মী: থা্জ।

২বা মী: হেবা।

১বা মী: নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, য়ুমশকৈশ, শগোলশেল, ইরাই, থা্জ ।

২বা মী: নো্মাইজি্নি।

১বা মী: ইবাইনি।

২বা মী নি থৌকাবনি।

১বা মী: 'ঙসি করি নুমিৎনো?

২বা মী: ঙসি করি নুমিৎনো?

১বা মী: খঙদ্রে খঙদ্রে, কাউথোকখ্রে কাউথোকখ্রে?

২বা মী খঙদ্রে খঙদ্রে, কাউথোকখ্রে, কাউথোকখ্রে।

১বা মী: কনাদা হংগনি?

২বা মী: কনাদা হংগনি? (অনীমক ফমথৈ)

১বা মী মী অমতা লৈতে।

মফম অসিদা মী অতৈ কনাসু লৈতে।

২বা মী: মী অমতা লৈতে

ঐখোযগী অকোযবদসু

মফমসিগী মপালদসু

মনুংদসু

অতোপ্পা মফমদসু

মী অমতা লৈতে

মী অমতা লৈতে।

১বা মী: কৰি মুমিৎতগী হৌনি?

২বা মী: কৰি মুমিৎতগী হৌনি?

১বা মী: কৰিদগী অমুক হৌগনি?

২বা মী (খংহৌ হৌগৎতুনা) মসি ওইথোক্তবনি, মসি থাজবা য়াদে।

১বা মী: হৌজিক্তি ওইথোক্তবা ঙাক্তনি। থাজবা যাদবা ঙাক্তনি।

কৈস্থ অমতা লৈতে।

[ তুমিন্না থৈনা থৈনদুনা চৎলৈ। ]

১বা মী মুংঙাইবত্রনে?

২বা মী অশেংবমক নুংঙাইরব্রনে ঐখোযবো?

১বা মী: নু ঙাইরব্রনে?

২বা মী: ঐখোযনা নীংতম্বা অতুক্তি যোদে।

১বা মী
২বা মী: ) য়োদে, য়োদে। ( চৎলি। )

২বা মী: ঐখোযনা খল্লম্মী মখোয চৎখ্রগা ইবানিদা ঙাযরগা য়াম্না মুংঙাইগনি। মপা লৈতনা, হাযনী ঙাই লৈতনা নুংঙাই গদবোই নীংঙম্মী।

১বা মী: মুংঙাইফম ইখঙ খঙদে।

২বা মী: ইনুং মুংঙাইতে। নু ঙাইবা ইযৌ যৌদে।

১বা মী: ইযৌ যৌদে। কৈস্থ লৈতে।

২বা মী: কমদৌসিগে? ( অনীমক মাগী মাগী লৈতোংদা ফম্মী )

১বা মী: কমদৌসিগে?

২বা মী: কমদৌসিগে?

১বা মী কৈস্থ লৈতে। তৌনীংঙাই কৈস্থ লৈতে।

[ঙহাক তুমিন লৈ।]

২বা মী: ( হৌগৎলগা ) কৌকুরসিরা?

১বা মী: ( হৌগৎলগা ) কনাবো?

২বা মী : (চৎখৎতুনা ) হৌখিবা মতম ।

১বা মী : ( চৎখৎতুনা ) হৌখিবা মতম !

[ ঙৈশাক লেপ্পী ]

২বা মী : ঐখোয়বু নুংঙাইরকখিগদ্রা ?

১বা মী ঐখোয়বু নুংঙাইরকখিগদ্রা ?

২বা মী ঐখোযবু নু ঙাইরকখিগদ্রা ?

১বা মী : ঐখোয়বু নুংঙাইবকখিগদ্রা ?

[ তুমিন্না লৈ । ]

[ মৈ মমথখি । মৈ মমথরিঙৈদা ২বা মীনা লাউরকউ ]

২বা মী যারোই যাবোই ।

১বা মী : ( যান্না কন্না ) শুকয়া য়ারোই

২বা মী : (ঙক্ল) করি ?

১বা মী : নঙগা ঐগা লৈমিন্নবা য়াবোই । চৎপ্রো ।

২বা মী : করিগী ?

১বা মী করিস্থু তৌদে ।

২বা মী : করিস্থু লৈতে ।

১বা মী : মী করিস্থু লৈতে । [ অপম্বেজগী মযাযদা লৈরিবা মোংকম অচৌবদা চঙশিন্দুনা ভাবোক্তা মতুং ওয়োকতুনা ফম্মী ] নঙ ঐগী মফম অসিদা লৈবা যাদ্রে । মফম অসি থাদোক-তুনা চৎপ্রো চৎলো ।

২বা মী : কনাগী মফম ?

১বা মী : ঐগী ইফম ।

২বা মী : কনাগী ?

১বা মী . ঐগী ।

২বা মী নঙগী ?

১বা মী : অং ।

২বা মী : নঙগী ?

১বা মী _ ( শাউনা ) হোয়।

২বা মী : করম্না ?

১বা মী : খঙদে।

২বা মী : খঙদে ?

১বা মী : খঙদে। মফম অসিদি ঐগীনি।

২বা মী : ঐগীদি ?

১বা মী : খঙদে। নঙগীদি খঙদে, মফম অসিদি ঐনা ওইগদবনি।

২বা মী : [ ১বা মীদা চঙশিন্দুনা ] মফম অসিবু ইবানিগী ওইরম্বদাই ? মফম অসিবু ইবানিগী নত্রনে ?

১বা মী : অং, ইবান্নিগীনি খল্লম্মী, হৌজিক্তি ঐগীতা ওইরে। নঙ ঐগী মফম অসি থাদোকপা তায়।

২বা মী : ঐসে নঙগী মরূপ অদুনি।

১বা মী : খঙঙি।

২বা মী . [ চিংননা ] অদুগা

১বা মী : মফম অসিদি ইতোমতগী ওইদবা য়াদ্রে। নঙগী শকক যাওবা যাদ্রে। নঙগী শকক পীররোই।

২বা মী [ কোইচৎ চৎতুনা ] ইবানি চঙদুনা অতৈবু তাম্থোকখ্রগা ইবানি চঙদুনা শাগৎখ্রবা, ইশাগী ঈ মরিক মরিক চঙনা ইশাগী হুমামন্তনা শাগৎখ্রবা যুম অসিবু ঐগী শকক পীররোই ?

১বা মী : অং, পীররোই।

২বা মী : অদুগা কৈদোদোরিবা ?

১বা মী : রা যাম্না ঙাঙনবগী কান্নদে। নঙ চৎখ্রো। চৎলো।

২বা মী : করিগীনো ?

করিগীনো ?

করিগীনো ?

১বা মী : ঐ মুংঙাইবা মপুং ইফা ফাদ্রে। মপুং ফাদ্রিবসি নঙ য়াওবননি। ঐ মপুং ফানা মুংঙাইনীংঙি। ইতোমতগী ওইদুনা, ইতোমতা লৈদুনা, ইতোমতা তৌনীংবতা তৌরগা ঐ মপুং ফানা মুংঙাইগনি নীংঙি।

২বা মী : অশেংবা রারা ?

১বা মী : মানি, অশেংবা রানি। ঐ মীগী মতেং দবকার ওইদ্রে। ঐ ইতোমতা হিংবা ঙমগনি, কনামতা য়াওদনা ইতোমতা লৈবা ঙম্লগনি। হৌজিক ঐ তৌনীংবতা তৌবা পাম্মী, ঐ কনাদস্ত করিগুম্বা অমা পীথোকপা পামদ্রে। পুন্নমক ঐগীতা ওইনীংঙি। ঐতগী ওইনীংঙি। নঙগী শরুক পীরক্লোই। নঙগী শরুক যাওদ্রে।

২বা মী : (১বা মীগী মমাঙদা কোইচৎ চৎতুনা) হিঃ হিঃ হিঃ (নোকই) তৌনরিবসি জগৎ অসিবু মচেৎ মচেৎ যেন্ন-থোকপগী রানি। মপুস্ত পাদবা চাউথ্রবা জগৎ অসি য়েন্নরি- ঐগী মচেৎ, মাগী মচেৎ নঙগী মচেৎ—মচেৎ, মচেৎ, মচেৎ—অকোনবদদি শিংকুপ শানা পুংতুম তুম্না অদুদগী হেক্তিনখ্রে হেক্তিনাদে। অদুদগী থৎনবা। ফুনবা, হাৎনবা, তুরাতুথৈ হাৎনবা, মুপী অঙাং হনু হনা অশোন শোন্দা তকা হাৎপা অদুদগী লাঞ্জাও। লাঞ্জাও! লাঞ্জাও।

১বা মী : নঙ অমুক হল্লক্লেনে।

২বা মী : (হরাওনা) অং।

(তুমিন লৈ)

১বা মী : নঙ চহক্লো, চৎলো।

২বা মী : (ঙক্না) ঐ চৎলো ?

১বা মী : অং। চৎলো।

২বা মী : থাজখিদ্রেদা।

১বা মী: থাজ্জো। নঙ থাজ্জো।

( তুমিন নৈ )

২মা মী: ঐ চৎনী°দে।

১বা মী: নঙ চৎনীংঙু।

২বা মী চৎনীদে। ঐ চৎ'লাই। ( ফমজিল্লি )

১বা মী চৎতবা য়ারোই।

২বা মী: চৎত্রবদি?

১বা মী: নঙ ঐঙোন্দা শীংনবিত্রা?

২বা মী: নঙদি?

১বা মী: নঙদি?

২বা মী: ঐনা চৎত্রবদি?

১বা মী: অদু ওইরবদি নঙ ঐনা হাযবা ইনবা তাই।

২বা মী: ঐ নঙনা হায়বা ইনবা ঙমলোই।

[ ফম্না ফম্না হন্দুনা চৎলি। অদুদগী হোৌগৎলকই। )

১বা মী: করিগী?

২বা মী: নঙদি শা ওল্লবনি। নকোক অদুনা লমহূই মকোক পাল্লে, নশা অদুনা হোৌদোংগা কৈগা অনীনা যান্নবা শা মথল অমা ওনগ্রে। নরাইবক্তা শামুগগুা মচী অমা পানশিল্লে, নউন অদুনা ইথা থাগৎলক্লে, ইকন কনশিনখ্রে, নখুজিন অদু ইচাও চাওরে, নরৈ অদুনা হাহাহা তমলে। নঙ তশে°নমক শানি। লমশানি, লমশা।

১বা মী: ( মমাই ওস্থোকরকই, মরাইবক্তা মচী অমা পাল্লম্মী। থাংশাং অমা পায়রছুনা য়াম্না ইংনা তপ্না ) ঐহাক তাইবং অসিগী অনৌবা শকলোননি। নৌনা খুন্দারম্বা জীবনি ঐ। নঙসু ঐনা ওইরিবসি ওল্লু। ঙমগদ্রা?

২বা মী: ঙমলোই।

১বা মী : মক্ষম অসিদা ঐগা নৈমিন্নসি হায়রবদি নঙস্তু ঐনা
ওল্লিবা অনৌবা জীব অসি ওনবা তাই।

২বা মী : ঐ শা ওনবা ঙমলোই।

১বা মী : ঙমলোই ?

২বা মী ঙমলোই।

১বা মী : ঙমলোই ?

২বা মী : ঙমলোই।

১বা মী [ ইংনা ] অদু ওইরগা নঙবু হাৎপা তারে। ঙসি নঙবু
ঐনা হাৎলগনি। ঐনা ওইরিবসি নঙস্তু ওল্লু। নত্রগা
মক্ষম অসি থদোকতুনা চৎখ্রো, চৎলো। চৎলু যাদ্রবদি
ঐনা পায়রিবা থাঙ অসিনা থিন্দুনা নঙ হাৎপা তারে।
[ ২বা মীদা চঙশিল্লি। ]

২বা মী (চিংননা) নঙ ঐবু হাৎপা ঙমগদ্রা ? (হন্না চৎলি)

১বা মী (ঙক্লা) করিগী ?

২বা মী (ঙক্লা) করিগী ?

১বা মী ঙমগনি, ঐ নঙবু হাৎপা ঙমগনি।

২বা মী ঐ থাজদে।

১বা মী নঙনা থাজদ্রবস্তু ঐ নঙবু হাৎকনি। ঐনা হায়বা
ইন্দ্রবদি নঙবু হাৎলগদবনি। অদুগা নঙস্তু ঐবু হাৎপা
ঙমগনি।

২বা মী ঐদি নঙবু হাৎপা ঙমগনি থাজদে।

১বা মী নঙনা থাজদ্রবস্তু নঙস্তু ঐবু হাৎপা ঙমগনি।

২বা মী ঙম্মোয়।

১বা মী (ঙক্লা) করিগী ?

২বা মী ঐ নঙবু নুংশি। ঐ নঙবু হাৎপা ঙম্মোই।

১বা মী : ঐস্তু নঙবু নুংশি। ঐনা নঙবু নুংশিবগা নঙনা মক্ষমসিদা
লৈবগা মরী লৈনদে। নঙ ঐনা ওইরিবসি ওনগেরা

নত্রগা মফম অসি থাদোক্লুনা চৎখিগেরা ?

১বা মী : ঐ চৎস্থ চৎলোই। নঙনা ওইরিব্রদুস্থ ওইরোই। মাগী মাগীদা অসুম হিংনগদবনি। ঐস্থ ঐনা ওইরিবসি অসুম মওইগে, নঙস্থ নঙনা ওইরিবদু অদুম মওইযু।

১বা মী : মদু যারোই। ( ২বা মীবু তানবা চঙশিল্লি ২বা মীনা মতুং হন্দুনা চৎলি অসুম অসুম তানশিল্লি।)

২বা মী : করিগী ?

১বা মী : কৈস্থ তৌদে।

২বা মী কৈস্থ তৌদে ?

১বা মী : কৈস্থ লৈতে।

২বা মী : মাগী মাগীদা হেল্লিন্নদনা হিংগদবনি।

[থৈজগী মতাইদা নপশিন্দুনা খাঙডি।]

১বা মী : মদু য়াদে। নিয়ম কায।

২বা মী : ( ঙক্লা ) করি ?

১বা মী : পুন্সিগী নিয়ম কায মদু।

২বা মী : ঐ ঙমলোই। য়াবা ঙমলোই।

১বা মী যাগদবনি। যাগদবনি। য়ানবা অমা চঙডি।

২বা মী ( মথ্বায যাম্না মুংঙাইতনা ) নঙনা অসুম্না হাযরক্কনি হাযবসি শুকথা থাজদে।

১বা মী · মফম অসিদা থাজনীংঙাই কৈস্থ লৈতে। জগৎ অসিদা থাজনীংঙাই কৈমতা লৈতে। পুম্নমক ওইথোক্পা ঙাক্কনি, পুম্নমক ওইথোক্কবা ঙাক্কনি। থাজনীংঙাই কৈস্থ লৈতে।

( মাইবী লাই তোংবঙুম মশা নীক্লা মথাগী রাহৈশিংসি মন্নী মন্নী শম্নুনা শুংলেপ লেপ্তুনা স্বর হোঙ্গবমথৈ থীদগনি।)

নোংপোকলোমতগীতা মুমিৎ থোকলিবা নোংচুপ-লোমদা মুমিৎ তারিবা ইংথমথাদদা ইংলিবা ওল্লাংথাদদা ওল্লাংলিবা নোংজুথাদা নোং তারিবা নোং যাম্না তারগা ঈশিং চাউবিবা ঈশিংনা মহী লাওলিবা ঐমনা শারিবা নুংশিৎনা মশক উত্রিবা মুমিদাংদা থা থরানমিচাক থোকলিবা মুমিৎ তাবগা মমলিবা মুমিৎ থোক্লগা ঙাল্লিবা নুংথিলদদা মুমিৎ থোকলিবা ঙাল্লিবা মীনা শানা স্বর হোল্লিবা অশিবনা স্বর হোন্দ্রিবা মী নারিবা মী শিরিবা মী হি লিবা মীনা চৎলিবা মীনা নমিৎ অনী পাল্লিবা মীনা মখোঙ অনী পাল্লিবা যণনা মখোঙ মরি পাল্লিবা মীনা মখুৎ অনী পাল্লিবা শগোলনা মখুৎ পান্দ্রিবা মীনা মী ওইরিবা কৈনা কৈ ওইরিবা হৌদো না হৌদোং ওইরিবা যণনা যণ ওইরিবা হুইনা হুই ওইরিবা শামুনা মশা চাউবিবা তুমিৎনা পীশক পীকলিবা কৌজেংনা মকোয় পাল্লিবা ঙানা ঈশিংদা লৈরিবা নুপীনা অমোম্না মচা মীবোল্লিবা নুপানা লাবনা মচা মীবোন্দ্রিবা উ-বানা মশা মরেং পাল্লিবা উদা উহৈ পাল্লিবা লৈপালদা লৈ শাৎলিবা অঙাঙবা মচুনা ঙাঙলিবা অঙাঙবা মচুনা মুন্দ্রিবা অশংবা অচুনা শ লিবা নুংনা নুং ওইরিবা নুংনা মহী লাঙন্দ্রিবা কন্ বন লাউবিবা নাকোং-তনা তারিবা নিৎনা অমুক্তা তাদ্রিবা খুদোনবীনা নোংমতা রা নমফাওব। ঙাঙদ্রিবা ঐনা ঐ ওইরমলিবা নঙনা নঙ ওইরমলিবা নঙনা মফম অসিদা লৈরমলিবা ঐনা মফমসিদা লৈরমলিবা নঙনা মী ওইরমলিবা ঐনা মী ওইরমলিবা (২বা মী তাবা ঙমদনা মনাকোং কন্না মেনশিন্দুনা খাঙডি।) পুম্নমক অসি মরম চাবা অমতা লৈতে কৈস্তু অমতা মরম চাদে নঙনা নঙ ওইরমলিবা

নঙনা মফমসিদা লৈরমলিবা

২বা মী : ( খাংবা ঙমদনা মনাকোং ঙেম্না মেম্না লাউবা ) ঙাইখো।
( ১বা মীনা তাদনা মানা ঙাঙগদবদু ঙাঙথৈ হেন্না কন্না লাউই ) ঙাইখো।

( তুমিন লৈ )

১বা মী : করিনো ?

২বা মী: খাঙবা ঙমদ্রে।
খাঙবা ঙমদ্রে।
খাঙবা ঙমদ্রে।

১বা মী : নঙ চৎপ্রো চৎলো।

২বা মী : নঙ শা ওনখিনু।
হান্নগী তাইবংদা অমুক্তা হন্জিল্লকখো।

১বা মী : ঐ মী ওইবি।

২বা মী : নঙ মী ওইদ্রে।

১বা মী: ঐ মী ওইরি।

২বা মী : নঙ মী ওইদ্রে।
নঙ মী ওইদ্রে।

১বা মী : ( য়াম্না কন্না লাউই ) তুমিন লৈয়ু।

( তুমিন্না সোকঙ ৩০ মুক লৈ )

নঙবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

২বা মী : ঐবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

১বা মী : নঙবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

২বা মী : ঐবু কনানা মফমসিদা থনম্বগে ?

১বা মী : নঙঙোন্দা হংলমব্রা ?

২বা মী : ঐঙোন্দা হংলমব্রা ?

১বা মী : নঙঙোন্দা হংলমব্রা ?

২বা মী : ঐঙোন্দা হংলমব্রা ?

১বা মী: কান্নদে কান্নদে ঐ নঙবু হাংকনি।

২বা মী: (য়াম্না কিনা মখোল নোথডুনা) নঙ ঐবু হাংকনু। নঙগা ঐগা চামিন্নখিবা থকমিন্নখিবা অদু অর্থ লৈতবা থোদোক্লা? ইবানি নোকমিন্নবদা নঙনা নোকপগী ঈথক হৌববা থম্মোয়গা ঐনা নোকপগী ঈথক হৌরবা থম্মোয়গা তিন্নখিবা, নঙনা ঐঙোন্দা য়েংখিবা মডুদা ঐনা উখিবা নঙগী তরু তরুবা নমিৎ ঐনা নঙোন্দা য়েংবদা ঐঙোন্দা চঙখিবা নঙগী নশক ননাতোন নমিৎ পিশুম, নচিনবাল নখজাই পুন্নমক অদু ওইদবা ঙাক্কুরা? (ব্রা অসি হায়রকপদা ১বা মীনা থোশাদনা অপস্টেজ ময়ায়গী লৈতো অচৌবদা চঙডুনা ফমখি।) ঐনা ৱাবদা নঙনা শরুক য়াখিবা ইতেং পা খিবা বামিন্নখিবা মুংঙাইমিন্নখিবা মিৎকুপ খুদি গী নঙগী পুন্সিনা ঐঙোন্দা চঙখিবা পুন্সি অনীনা অমতা ওইশিনখিবা নঙগী খোঙেন্না ঐঙোন্দা চঙলকপা নঙগী স্বরনা ঐখোন্দা চঙলকপা পুন্নমক অসি মশক উদে হায়ডুনা ওইদবনি হেক্তা হাযবগেরা? কৌজিক্কী মতমদা মীগা মীগগী মরী হায়বা অমা লৈররোইদ্রা? নঙগা ঐগা উনবা খুদিংগী নঙগী মরমদা নী শি বদা খনবদা ঐঙোন্দা চঙখিবা নঙগী শরুক অসি নত্রনে মীগা মীগগী মরী হায়বসে। নঙনা হাযবা বাঙাঙদা নঙনা তৌবা কয়াদা কাউবা য়াদবা কয়া যাউগ্রে। মাঙগ্রো হাযবা যাররোইদবা কযা। কাউবা যাদ্রবা ময়াম অসিগী মমল কযা য়ামগ্রবা! মমল অদু লৈররোইদ্রা? নঙগা ঐগা নকনা ফম্মিন্নবদা নঙনা স্বর হোনবগী শন্থুম ঐনা ফ খিবা নঙনা ব্রা ঙাংলকপদা নোক্লকপদা নঙগী স্বর মনম নঙগী নখোঙেন ঐগী মন্নুংগী মম্মুংদা চঙগ্রে, ঐগা অমতা ওইনা তিনগ্রে। ঐনা নঙবু থাজবা নঙনা ঐবু থাজবা—মসি নত্রা

মীওইবগী মমল। পুন্সি হায়ববু মসি নত্রা ? পুন্সি হায়ববু তৌরিবসিনি। নঙগা ঐগা কম্মিন্নখিবা চৎমিন্নখিবা, কিপমিন্নখিবা, মুংঙাইমিন্নখিবা, ইশা ইশাবু কাউথোকপমথৈ মঙহান্দা তাউথোক্লা মুংঙাইমিন্নখিবা পুন্নমক অদু নঙোন্দা ববিমতা লৈকৌদ্রব্রা ? ঐঙোন্দদি কৌজিক ফাওবা হিংদুনা লৈরি।

( মতম অসিদা ১বা মীনা তুম্নগী নাখোল্লকই। )

পুন্নমক অসি অর্থ লৈতবা পোৎ ওইবগদ্রা ? ( নাখোকপা তারক্তুনা ) তাবিবা ? নঙ, হাযরিবসি তারিব্রা ? (খুমদে) তাবিব্রা ?

১বা মী: ( থৌশাদনা ) কবিবো ?

২বা মী: ঐনা হাযখিবদো।

১বা মী: নঙ কবি হাযখ্রে ? তাহৌদ্রে কবি হাযখ্রে ?

২বা মী: অমুক হাযযুবা ?

১বা মী: ( ফমম্বদগী হৌগৎতুনা ) হ হাযবন্নু। লদুগী শবক নঙ চৎনবা থোরা৲ তৌবো।

২বা মী: ঐদি চৎলোই হাযখ্রবনি।

১বা মী: অদু ওইবগা নঙ শিনবা থোবা৲ তৌবো।

২বা মী. ঐবু হাৎপিগন্নু। ঐবু হাৎপিগন্নু।

১বা মী: হাৎকনি হাৎকনি।

২বা মী: মফম অসি নঙগীস্সু নত্তে, ঐগীস্সু নত্তে। নঙনা তৌবিবসি করিস্সু নত্তববু করিগুম্বা অমা ওইনবা হোৎনবনি। অবেম্বা থবকনি। অর্থ লৈতবা থবকনি।

১বা মী: নঙ থাঙ অসি পাযগে হাযরবস্সু পাযযু। নঙদি অশোনবা মীনি, নঙগুম্বা অমা হাৎপদা ঐ থাঙ দরকার ওইদে। থাঙ অসি পাযদুনা নশা কন্নবা হোৎনবা যাগনি।

[ ২বা মীদা থাঙ পী, ২বা মীনা লৌ হাযবা য়াদে। ]